ꯊꯥꯡ-ꯇꯥꯒꯤ ꯂꯤꯛꯂꯝ ꯂꯤꯆꯤꯡ

# থাঙ-তাগী লিকলম লিচিং





সাইখোম অরাংবা (দেবেন) মঙাং

# থাঙ-তাগী লিকলম লিচং

ইজবাঃ

সাইখোম অরাংবা (দেবেন) মঙাং
প্রিনসিপাল, মীতৈ নহারোল থাং-তা কাংলুপ
সগোলবন্দ সলাম লৈকাই, ইম্ফাল।

থাঙ তাগী লিক্লম লিচং

*ইজবাঃ* সাইখোম অৱাংবা (দেবেন) মঙাং

*অফোংবা ঃ* মীতৈ নহারোল থাং-তা কাংলুপ,
সগোলবন্দ সলাম লৈকাই, ইম্ফাল।

*অহানবা ফোংবাঃ* ১২-২-২০০৫, ইম্ফাল।

*লাইরিক মশিং ঃ* ৫০০

*মমলঃ* লুপা ১০০/-

*লাইরিক শেম-শাবাঃ* লাইহুই, কৈশামথোং, ইম্ফাল।

*মখুম শেম্বাঃ* তা-বালা

*মনুংগী লাইঃ* হাওবম সনাতোন (সিং পব্লিসিতি) ১শুং তা-বালা



*নম্ফমঃ* মোনিকা প্রিন্তর্স, কৈশামথোং কৈথেল ইম্ফাল।

# রাহৈ খরদং



হন্দক ইবুংঙো অবাংবা (দেবেন্না) পুথোকপিরিবা 'থাঙ-তাগী লিক্লম লিচৎ' কৌবা লাইরিক অসি খুৎয়ি ওইনা লৈরিঙেদা পাবা ফংজরে। হীবম অসিগী মতাং ওইনা পঙ্গরবদা ঐখোয়না অরিবা মৈতৈ খুৎয়ি লাইরিকশিংদগী থেংনবা খর থমজবি। থাং-গা তাগনা মালেম লৈশেমমে, থাংদি ইমানে, তাদি ইপানে॥ থাংদি নোংথাং লৈমনে, তাদি কোরৌ হন্নগী মশকনে। থাং-তা অনিনা চাইনবদা ইবাই ইনিল অমদি ইথিল অসি পুথোকএ।

অশুম্না লুখ্রবা তাইবং মীওইবগী হৌরকপদা শাগোন্নদুনা লাক্লবা থাং-তা ঐখোয়গী ইপু-ইপানা থাম্বিরম্লবা তাইবং মীওইবগী তাংলবা লননি। অদুবু অশুক লুখবা মাংবা য়ারোইদবা মহৈ অসিগী তম্নবা অমদি চম্না তম্নব লাইরিক ওসি ফাওবদা মৈতৈগী তম্নবা হীবম (সেলেবস) অসি মপুং ফানা লৈত্রি, মসি লাইবক থিবা অমনি হায়জনিংই। হন্দক ইবুংঙো দেবেন্না লাইরিক অসি পিক্লবশু পীকনা মথক্তা পঙ্খিবা অন্যাৎপশিং অসি খব মখৈদি মেনখৎপদা মতেং ওইগদ্রা নীংজে, অদুবু মসি অরাইবা থবক অমদি নওবনা অখঙ অহৈ লৈবাক্কী ওজা গুরু অহল লমনশিংগা হেন্না কুপ্না তান্নবিদুনা লৈবাক্কী ওইবা মালেমগী ওইবক্কদবা হেন্না মপুং ফাবা লাইরিক মথং মথং পুথোকপিরক্কনি হায়বগী আশা কয়া অইবগী মফমদা থমজনিংঙি।

ফোংদোকচনিংবা অমনা লাইরিক অসিদা গীরমগী মাসিএল আর্ত শিংগী মতৌগুম খর মখৈ অনৌবা ইথিল খরশু মমি তাদবা নত্তে। মসিশু অনৌবা মতম অসিগা চুশিন্ননবা হোৎনবা ওইগনি খল্লি। সোসাইতি অসি অহোংবা নাইবনি, মরম কয়ামক্রম অসি লৈবনা অরিবশু মাঙহন্দনা অনৌবা পোথোক খরগী মমিগা লোইন্ননা চৎপা অসিশু ফজবা মীৎয়েং অমনি।

অরোইবদা অইবনা অসিগুম্না লাইরিক কয়া পুথোকপিরক্নুনা থাং-তা অমদি মৈতৈ লৈবাক্কী লাইরিক্কী পুক্কে হেন্না মপুং ফাহনবিরক্কনি হায়না থাজবা থমজরি। তাইবং শেম্বা মপুনা ইবুংঙোবু পুন্সিবা নুংশাংবা কুবিদুনা ইরৈবাক্কী হেন্না মপুং-ফাবা খোৗগল্লোই অমা ওইহনবিবা ওইসনু।

*ডাঃ কেঃ সুসিলা*

# অইবগী ৱারোল

থাঙ-তাগী লিকলম লিচৎ কৌনা মীংথোনজবা লাইরিক অসি থাং-টাগী লিকলম লিচৎকী ওইবা মওংদা থৌরাংজবা লাইরিক অমনি। অসিগুম্লবা মখলগী লাইরিক অসি মৈহৌরোন্দগী লৈতা খুন্দারম্লবা লমদম অসিগী লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা লমদম অসিগী মতিক ময়ায়বুশু খঙনা থম্বীরম্লবা, অৱাংবা থাক্কী ৱাখললোলনা য়ুম্ফম ওইবা লমদম অসিগী মীওইবা ফুরুপকী চৎনলোল চৎনবি কয়ামরুম্বু শেম্বীরম্লিবা কয়াশিং অসিগী হৌরকফমগী মরু ওইরিবা, লমদম অসিগী মৈহৌরোন্দগী হৌনা লোইনদুনা লাক্লবা য়াম্না লিরবা লিচৎ অমা ওইনা ঙসি খংনরি। অমরোমদা ঙসিগী মালেম শিনবা থুংনা মালেমগী মীয়াম্না পুক্লিং নুংশিনিংঙাইগী মশক অমশু ওইনরি। থাং-তা, শরিৎ শরাক, পুং, জগোই, মুক্না, মুক্না-কাংজৈ, শগোল কাঙজৈ, পেনা, কাং, য়ুবি লাকপি, অরাম্বাই, লাই হরাওবা হাইনা 'অমমমনা য়াম্না মশক থোক্লা লৈজরম্লিবা মশান্নশিং অসিগী মনুংদা পুম্নমক্কী হৌরকফমগী মরু অমশু ওইরিবা থাং-তাগী ওইবা পরমগী লিক্লমশিং অসিবু অতোপ্পা মালেমগী মীয়ামদা ফোংদোকচদুনা ঙসিগী মালেমগী মীওইবশিংদা ফুরুপ অসিবু শক তাকনিংবগী পুক্লিংগী ওইবা ইহুল অমথক ফাওরকপনা লাইরিক মচা অসি থৌরাংজবনি। অসিগুম্বা লাইরিক অসি য়াম্না খং হৈবগী মওংদা থৌরাংজবা নৎচদে।

অসিগুম্লবা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু ইশাগী চহী তরামঙা শুরকপা মতম অদুৱাইদগী তমজরক্লুনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা মহৈশিং অসিবু তমজদুনা লাকচবনি। অসুম্না থাং-তাগী মহৈ অসিবু মতম শাংনা তমজরকপদগী থাং-তাগী মতিক মঙাল অমদি ময়াইশিং অসিবু অশুম খেংনজরকপদা অমদি তমজরুবদা থম্মোইনুংদা করিগুম্বা ঈহুল অমথক ফাওরকখি। ঙসি ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম মালেম অসিদগী লৈশেম-তুশেমঙৈদগী হৌনা য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী লৈজরক্লবা অসিগুম্লবা য়াম্না মতিক মঙাল লৈনা লৈজরম্বা থাং-তাগী অমদি থেঙ্গৌরোলগী ওইবা মহৈ অমনি। ঐখোয়গী শা-লানগী ওইরিবা মহৈ থাং-তা অসিগুম্না মালেমগী অতোপ-অতোপ্পা লৈপাক কয়াগীসু ঐখোয়গী থাং-তাগী মওং মতৌগা খর-খরা খেৎনজরবসু মখোয় মখোয়গীশু চপ-চপ চানা লৈজরম্বা ঙাক্তনি। অদুবু অতোপ্পা মালেমগী অরিবা মহৈশিং অসিদি হৌজিক্কী অনৌবা মতম অসিদদি য়াম্না চাওখৎপগী থাক অমগী মহৈ (মশান্না) ওইনা পুখোক্লদুনা থন্নখ্রবনি। অদুগা ঐখোয়গী অশুক য়াম্না মতিক ময়াই অমদি মঙাল লৈরিবা অসুক কনবা, অসুক ফজবা, মেংবা থোৎপদসু মপা লৈত্রবা অতোপ্পা মালেমগী মহৈশিংগা চাংদম্নবদসু থোইদোক্লা তাবা লৈত্রবা থাং-তাগী মহৈ অসিদগী পুং, জগোই, শগোল-কাংজৈ, অরামবাই অমদি কাংগী ওইবা মশান্নশিংবুসু থাং-তা থেঙ্গৌরোলশিং অসিদগী হৌরকফম্নু ওইরিবা, লমদম অসিগী থাং-তা থেঙ্গৌরোলগী ওইবা মহৈ অসিগী থাক অসিদি অসুক্কী মতিক হায়নিংঙাই লৈতনা নেম্বা থাক অমদা থম্মিরি অমদি লৈরি হায়না লৌজনিংই। মরমদি লমদম অসিগী ঐখোয়গী ওইবা স্পোর্টস পোলিসিদা

অমদি কলচরগী পোলিসিদা ঐখোয়গী সরুক য়াওজদে। লোয়ননা অসুক চাওখৎলবা মতম অসিদা অদুঙৈ য়েলহৌঙৈগী মতম অমদগী ইপা-ইপুশিংনা থম্বীরম্বা থাক অদুদগী করিবু অহোংবা লৈরিবগে হায়না হংজনিংই। ঙসি ঙসিমক অসিদসু থাং-তাগী ওইবা অপুনবা য়ুম্ফম অমা লৈজদ্রি অমদি থাঙ তাগী ওইবা অপুনবা তম্মনবা পরিং পথাপ অমদা থম্বা ঙমজদ্রি। মসি পুম্নমকশিং অসি হৌজিক্কী মতমদা লৈরিবা মীরোল ঐখোয়না থাং-তাগী মহৈ অসিবু অখন্নবা মীশক মীওই খরখক নত্তনা লৈপাক্কী থৌপুবীরিবা য়াইতোং খমতোংবশিং অয়াম্বনা মহৈ অসিবু নুংশিবা ৱাৎপা অমদি য়েংশিনবিবা ৱাৎপনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী থাং-তাগী মহৈ অসিবু অতোপ্পা মালেমগী মমাংদা শোখনা লৈরি হায়না লৌজনিংই। অসিগুম্লবা মরম কয়াশিং অসিবু লৈবনা থাং-তাগী লিক্রম লিচৎ হায়না মিংথোন্জদুনা ঐহাক্না পুন্সিদা তমজরকপা অমদি থেংনজরকপা কয়াশিং খোমজিঞ্জরগা লমদম অসিগী লৈজরিবা থাং-তাগী ওইবা য়ুম্ফম অমা শেম্নবগী মতাংদা করিগুম্বা মমি খরদংদা ওইরবসু মতেং ওইগদরা খন্জদুনা লৈপাক খ্বাই তরাগী মফমদা খন্নমিন্নবা (সজেসন) ওইনা থমজবনি।

থাঙ-তাগী লিক্রম লিচৎ অসিবু ফোংননবা হোৎনজবদা মরু ওইবা মথ্বাই হাপ্পীরিবশিং, ঐহাক্কী নুংশিজরবা শিনতাকপা (লৈখিদ্রবা) মোইরাংথেম ইবেতোম্বী, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, লৈতানথেম হেরামোৎ, সাইখোম নোদিয়া, সুখাম মরু তোম্বী, মোইরাংথেম মণি, লোয়ননা চোংথাম জোয়ঙানবা, ঐগী মরুপ লৈমপোকপম তোম্পোক, সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ঐগী ইনাও নামরাম সিংহজিৎ, থিয়াম নন্দ, তরুন মঙাং, মহেস, মঙাংসনা অমদি ইয়াম্বা তা-বালা কৈশামপাৎ পুম্নমক্না পীবিরকপা ৱাখল্লোন কয়ামরুম্মু ঐহাক্না পুন্সিগী শিংবা ঙক্লরোইদবা লমন তোনশিনজরে। অদুগা লাইরিক অসিবু ইজনবা হোৎনজবদা মরু ওইবা ৱারি শিংবুল কয়াবু মপুং ওইনা লৌজরকপা লাইরিকশিং - লাংহৈ পিকোক পুয়া, চৈথারোল কুম্বাবা, খাবী থীরেল, অমন নোংলোন, মালেম চুখোঙলেল পুয়ানচিংবা লাইরিকশিং অসিদগী মরু ওইবা তঙাইফদবা অরিবা লিক্রম লিচৎ কয়ামরুম্মু লৌজবনি।

লাইরিক অসিবু থৱাই হকচাং য়াওনা নম্বীরিবা মোনিকা প্রিন্টর্সকী মরুপ মপাংশিংবু থাগৎচরি। ডাঃ ৱাহেংবম শুসিলা অমশুং ইয়াম্বা লাইশ্রম সনাতোম্বা (প্রোপ্রাইটর, ফ্রেন্স তোজিক) না শেলগী মতেং পীবিদুনা ফোংবা ঙমহনবিবগীদমক্তশু থাগৎচরি। অসিগুম্লবা থাং-তাগী লিকলম লিচৎ হায়না মীংথোনজবা লাইরিক অসি ইরমদম অসিগী লৈজরিবা থাং-তাগী মহৈরোইশিং অমদি শিনতাকপশিংগী ওইবা তুং কোইনা চৎনবা য়াননবা থৌরাংজবা থাং-তাগী লিকলম লিচৎকী ওইবা লাইরিক অমনি। অরোইবদা, লাইরিক অসিদা য়াওখিবা অশোইঅঙাম, অৱাৎ-অপা পুম্নমক মথং খুৎনমদা চুমথোকচনবগী খুদোংচাবা, পাবিরিবা খ্বাই তরানা পিবিয়ু হায়না নোল্লুকরি।



# য়াওফম তাকপা

# শিন্তাক পুরেলশিংদা কচ্চবা

মৈনা ৱাইনা তাংনা শম্না
পাথাং-পুথাং চৎথ শম্বরক্লবা
খুনাইগী তাংলবা ইরলনি
থাং-তা মশান্না
মালেমদা তোমথিল ঙাল্লিবা
কনাদগীশু মতৌ তম্লদ্রবা ॥

নিংথৌরেল কয়া কয়াগী মতমদা
থোকখিবা অকল-অথৌ তৌঙম্বা
থৌদোক ৱাথোক কয়ানা
ৱারী শিংবুল ওইদুনা
খুন্নাইগী শক্তম, মতিংশু খংনরি।

লৈপাকপু ঙাক্লকপা
য়েরু কল্লক কয়াদগী
হায়না-হুম্না নিংখাতম্লবু পাল্লকপা
তাংলবা হরলনি ঐখোয়গী
মুৎনাইদবা খোঙ্গুলনি
থাং-তা, শরিৎ-শরাক, মীহাৎ-মীকন
কুপ্লবা ল্যাল্লোং কয়ানি
পাম্লোইবী ইমাগী মহৈনি।

খোঙলোন-খুৎলোল কায়দনা
লাইশোল-তিনশোল কাওহন্দনা
থকশি-খাশি তম্বীরম্বা
মালেমগীদি মৈতাল অরাবা
কুরুম নখৌজাল,
অথোইবা শিনতাক পুরেলশিং ॥

খুন্নাইগী পুক্কে লনগৈদা
পানা চোন্না খম্বীরম্বা নখোঙ খাতবু
নচা-ননাই ঐখোয়না
কোংয়াং চৈশু তাবগুম
হন্না-হন্না

অমম্বগী অমম্ব মরকসিদা
অঙানবা লম্বীদা লমজিংবিদুনা
নখোয়না তাকপী-তম্বীরম্বা
থাং-তাগী খোঙলোল খুৎলোল কয়ানা
হৈত-কৈত খোমজিঙ্গদুনা থমজবা ॥

থাং-তাগী লিক্লম লিচৎ
কৌবা লাইরিক অসিবু
কচ্চরি নখোঙ খুয়াখাদা
লৎনবা লৈতনা লৌশিনবিয়ু
কৎথোকপগী লোয়বা নাইদ্রবা
হে অথোইবা শিনতাক পুরেলশিং ॥

## তেংথাজবা

থাজদবগী ইঙ্খোলদা
শাৎলক্মী সনাগী থম্বাল
মপু মাগী মশাইকোলদা
শাৎলক্মী সনাগী থম্বাল।
ফৎতবা নারক-মোংশোঙ মরক্তো
শাৎপা লৈরাংগুম্না থম্বৌরি
ঐখোয়গী থাং-তা ঙসিগী মালেমসিদা

অদুবু ফাওরকখিগনি নোংমদি নিংঙমদবা
থাং-তাবু মীরাইরুবগী তাইবংনা
শাৎলকখিগনি ফুগাইনা নোংমদি
তরু-তনানবা মপু মাগী মশাইকোন্দা
ওইহন্জনিংঙিদা মতমদো।

উজনিংঙিদা ইমিৎসিনা
লাইগী মচা মশু ওইবসা
অমুক্তদি চিংখৎলমসি কৈদৌবগে
মপুগী শেংলবা লৈকোন্দা।

শাৎহনসি তরু-তনানবা তেংপানবা মপুগী মশাইকোন্দা
খঙহল্লমসি ঙসিগী মালেমদা
উৎলমসি ঐখোয়গী খোঁনা লিংজেল
খঙহনসি লাইগী ওইবা মহৈনি থাং তা মালেম শিনবা থংনা

# শৈহৌ ইশৈ
# ইপা ইপু শোনশিবা

ইপা ইপু শোনশিবা
য়াথং ৱাচুম শুরম্বা
লাইগী মতিক পাল্লম্বা
ইপা ইপু লমচৎতো
অমুক হন্না চৎলসি (২)
ইপা ইপু শোনশিবা (২)
ইপা ইপু শোনসবা (কন্না লাওবা)

চীংয়া তময়া নিংথিবী
লৌবুক লমহাং অথোইবা ॥
খুন্নাইগী মরু থারম্বা
পোৎথোক্কী পুক্কৈ শেমলম্বা ॥
ইপা ইপু লমচৎতো
অমুক হন্না চৎলসি (২)
ইপা ইপু শোনশিবা (২)
ইপা ইপ শোনশবা (কন্না লাওবা)

য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী
কপত্রেং মখোল তারম্বা ॥
হুইত্রি কাপলিং লিৎলম্বা
খুন্নাইগী শিন্থা তাক্লম্বা ॥
ইপা ইপু লমচৎতো
অমুক হন্না চৎলসি (২)
ইপা ইপু শোনশিবা (২)
ইপা ইপু শোনসবা (কন্না লাওবা)

শুবা নোম্বা খাংবা কনবা (২)
ইপা ইপু লিংজেন্দো (২)
শিঙলি নাওরি হকচাং কয়াৎনা...
নৌহৌননা নিংশিংসি ॥
ইপা ইপু লমচৎতো
অমুক হন্না চৎলসি (২)
ইপা ইপ শোনশিবা (২)

ইপা ইপ শোনশবা - (কন্না লাওবা)

অহান্নবা মহৈরোইশিংনা শরি ৱাশক থম্লদুনা খুন্নাইগী লাইশোন শোল্লবা মও অনিশুবা ওইনা শিনতাকপশিংগা লোইন্না শৈহৌ ইশৈ অসি শকমিন্নগনি।

## থৌনিজবা

মৈগী মচুদি মুঙাংনবনে
ঈশিংগী মচুদি অমুবনে
নুংশিৎকী মচুদি অশংবনে
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ
মালেম অতিংঙা মঙামক্লা
তিল্লগা তেংবানবা মপুবু ওইবনে

তাইবং পানবা মপুনা
ইপা ইপুবু পোকপিবা
ইপুথৌবু ওইবনে
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ
অহুমগী মতিক ময়াইবু ওইবনে

পুন্নমক্লা তিল্লগা তাইবং মালেম
অমদি থাং-তাবু ওইবনে
অরেম্পা মশকপু লৈত্রবা
তেংবানবা মপুগী মতীক ময়াইগী
মিংথৌ মিংলেন থরদংবু

পাঙদ্রবা নতাইরেম ওইবনা
হৈ - হৈয়ুম হাইনবু নিংশিংজরগা
খোরি পরিং থাদুনা
শৈহৌ শৈথাবু তমজরক্লগে।

## খুনাইগী লাইশোল শরি রাশক থন্নবা

শিদবা তেংবানবগী মপু
পলেম পম্লৌ অনিমক লাইনি
ঐখোইনা ইমা ইপা
অমশুং ওজাশিংগী য়াথং
মতম পুন্নমক্তা ইনগদবনি।

ইরেবাকপু ইশামক্তি খনগদবনি
ঐখোয় ইমা অমশুগী মচানি।
পম্লৌনা 'তারগা' শারকপনি
'তা' কৌইদো মাদি পম্লৌনে
পম্লৌনা ইমাদা থংথরকই
'থাং' কৌইদো মাদি ইমানি।

থাংগা তাগা অনিনা
খোংলৈ খোংজোং চোংলসি
ৰারি ৰাতাং হৌরসি
ইপা ইপু থিরশী
য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে।

খুন্নাইগী লাইশোল অসি মহৈরোইশিংনা নুংতিগী থাং-তা শান্নবা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা মহৈরোইশিং অমদি শিনতাক-পুরেলগা পুন্না লেপমিন্নরগা অহান্বা ওইনা শোনজগদবা লাইশোন্নি। লাইশোন অমদি শৈহৌ ইশৈ অনি অসি অইবনা শিনতাকপুরেল শুখাম মরু তোম্বী মৈতৈ, চীংঙা মথক্তা লৈবগী মফমদগী ফংজবনি।

# ৱাহৌদোক

থাং-তাগী লিল্লম লিচৎ হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিগী নুঙদা চেল্লীবা ঈচেল অমদি পানদা লৈরিবা শক্তম শকওং কয়াশিং অসিবু মপুং ওইনা অমদি মচেৎ মচেৎ ওইনা অমুক খায়দোক্তুনা লৈরিবা কয়াৎশিং অসিবু মপুং ওইনা লৌজবনি, মালেম অসিগী লৈশেমলোলগী ওইবা পুৱারিগী কাইফদবা লেংফদ্রবা শিদ উপালগী মশকুম্না লৈরিবা, লৈশেমলোলগী অমদি মীওইবগী পোকপা হিঙবা অমশুং শিবগী লিল্লম লিচৎ কয়াশিং অদুগী শক্তমশিং অদুমক লৌজরগা থাং-তাগী ওইবা মহৈরোইদ্ৰীনা শিনতাক পুরেল ওইবা অমদি পুরেল ওইরক্লবা ফাওবগী লিল্লম লিচৎ কয়াশিংবু মচা খায়না থমজবনি।

ঐহাক্লা থাং তাগী শিনতাকপশিংদা থাং-তা থেঙ্গৌরোলনচিংবা কয়াবু তমজরকপা নৈনজরকপা অমদি ফংজরকপদা অসুক্কী মতিক কন থৌবা অসুক্কী মতিক ফজবা অসিদা নত্তনা লাইনিং কাংলোন অমদি চৎনরোল চৎনবী, লৈশেম তুশেমঙৈ. মীশেমঙৈগী অঙকপা ফংনা ফজরবা ৱারি শিংবুল কয়া থেংনজরকই। থেংনজরকপা কয়াশিং অসিনা থাং-তাগী মহৈ অসিবু করি করিগুম্বা মতমদা থাদোক্লগে খল্লুরবসু পুন্সিনা হয়েং মৈতালনা ৱাখৈদ্রিমখৈ পুন্সিসিমগী থাদোকপা ঙম্লরোইদৌবা মওংগী মশান্না অমা ওইনা ফংজরক্তুনা ঙসি ফাওবদা থাং-তাগী মহৈ অসিবু থাদোকপা ঙমদনা তমজদুনা লাকচবনি। থাং-তা হায়বা মহৈ অসিদি শা লালগী ওইবা মহৈখক্তা নত্তনা তাইবংপানবদা লৈরিবা থৱাইপানবা লেংলি-পাল্লিবা. অচৎ-চত্তা. মীওইবনা হৌরকপদগী, লৈশেম তুশেমঙৈদগী হৌনা লৈত্রাকলোনগী অমদি মীওইবগী লমচৎ শাজৎ. লাইনিং কাংলোল, চাকচা য়ুথক. য়াহিপ ফম্ফম, অমদি পোকপা. হিংবা অমসুং শিবগী কাংলোল পুম্নমক থাং-তা থেঙ্গৌরোলশিং অসিদগী লোয়নমক হৌরকপনি অমদি লৌরকপনি হায়বা চপ চাবা য়াম্না মপুং ফাবা ৱাথল্লোল অমা ফংজরক্তুনা ইরমদমগী ওইবা থাং-তাগী মহৈশিং অসিগী য়াম্না মতিক ময়াই লৈবা কয়া অদুবু ফোংদোকচবনি। অসিগুম্লবা কাংলোলশিং অসিবু খঙননবা মীওইবনা তম্না অদুবু থাং-তা তম্বনি হায়না শিনতকপুরেলশিংনা তাকপী। অসুম্না ঙরাংত্তগী নাৱা ওইজরিবনা থাং-তাগী মহৈশিং অসিবু পামজরুবা অমদি নুংশিজরুবনা মহৈ অসিগী লিকলম লিচৎকী ওইবা চৎন-লিল্লম খরদং লমদমসিগী শিনতাকপুরেলশিংগী মফমদগী খোমজিঞ্জদুনা থমজবনি অসিগুম্লবা থাং-তাগী লিকলম লিচৎকী ওইবা লাইরিক অসি ঙসিফাওবগী মনুংদা থেংনজরকপা অমদি লোইনজরুবা থাং-তাগী শিন্তাক পুরেলশিংগী মফমদগী ফংজরকপা অমদি থেংনজরকপা কয়ানা পুন্না খোমজিনজদুনা থমজবনি।

থাং-তাগী লিল্লম লিচৎ অসিগী মপুং ওইবা য়ুমফমদি লৈশেমলোল অচৌবদগী কয়াৎ শুনা লৈরিবা পাফলগী মনুংদা লৈরিবা য়ুম্ফম অচৌবা ২৫ অসিদগী লৌজবনি মসিবু মপুং ওইবা য়ুম্ফম ২৫ হায়না খঙনৈ। থাং-তাগী ওইবা খোঙলোল খুৎলোল খোংহাই খুৎথিল অমদি লিল্লমগী ওইবা মশিং ১, ৩, ৫, ৭, ৯ পুন্না য়ুমফম ২৫ অসিদা পুম্নমক তিল্লরদৌবনি। ২৫ অসিগী মথক্তা ইমা ইপা

অনিগী শক্তমবু অমুক হাপচিল্লগা ২৭ শুগনি। য়ুম্ফম ২৭ অসিদগী অমুক মথং মথং হাপচিল্লগা ফমথোল ৬৪ লাইফম ১০৮ অমদি লমমিৎলোল ৩৬৭ শুগনি। অমুক ৩৬৭ অসিদগী মথং মথং খাইথরক্তুন্না অমা হায়বা পুন্নমকপু শেম্বীবা মঙোন্দা তিনগদৌবনি। অমুক নাকল অমরোমদা য়েংলুরগা মপুং ওইবা লাইবুংথৌ ৯ অমদি ৯ x ৩ = ২৭ হায়নশু খংনৈ। তাইবং মালেম অসিবু শেম্বীরিবা তেংপানবা মপু মাগী মশাদগী খাইদোকখিবা. লৈথক্কী ওইবা লাইপুংথৌ ৯ অমদি লৈয়াইগী ওইবা লাইপুংথৌ মাপল, লোয়নবা লৈথাগী ওইবা লাইপুংথৌ মাপল পুন্না লাইপুংথৌ কুনতরেৎ অসিগী শক্তম শকওং কয়াশিং অমদি মতিক-ময়াই কয়াশিং অদুবু লৌদুনা থমজবনি। অসিগুম্বা লাইপুংথৌ কুনগতরেৎ অসিবু তাইবঙ মীওইবনা পালদা ওইনা খংনবনা থক্তা খোল্লিবা থৱান্নিচাক কুনগতরেৎ অসিবু খংনৈ। অমুক নুঙদা ওইনা পুশিল্লগা লৈবা মতমদনা তাইবঙ মীওইবগী হকচাং কয়াৎ. নুংদা লৈরিবা থৱাইগী মিবু ওইবা কুনতরেৎ অসিবু খঙনৈ।

অসিগুম্নবা মপুং ওইবা কুনতরেৎ অসিবু মীওইবনা অমা, অহুম, মঙা, তরেৎ অমদি মপুং ওইবা মাপল হায়না খঙনরিবা অসিবুনি। হৌজিক থমজরিবা থাং-তাগী লিক্রম অসিদা সিয়োমনং অমদি লুচিং কোকলেল অসিবুনা অমগী মশকপু খঙনৈ। (১) অচি শিনতাকপুরেল. (২) হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল. (৩) লাংজৈ শিনতাকপুরেল অহুম অসিবুনা লৈশেমলোলগী লাইপুংথৌ অহুমগী মশকপু খঙনৈ. অদুগা তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা লুচিং কোকলেল ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা লিক্রম শিনতাকপুরেল মঙা অসিবুনা পললানদবিগী মশক ওইবা মঙা অদুবু খঙনৈ। খ্বাইদগী ইরোই লোইনা মতোল লোমলিবা শিনতাকপুরেল অথোইবা লুচিং কোকলেল ওইরিবা অসিবুনা তাইবং মীওইবগী মশাদা মতম পুন্নমক্তা লোইনদুনা শাগোন্নদুনা লৈরিবা থৱাইগী মিগী মশকপু ওইরিবা হে লোইনবা হাইনা কৌনা খংনরিবা শকউ শকউদবা মপু মাবুনে। অহৌবসু মহাক্নে অরোইবসু মহাক্নে থাঙ-তাগী লৈরিবা পুন্নমক মপু মঙোন্দগী হৌরকপনে অমদি ওইরকপনে হাইবগীদমক তাইবংনা শৈথাজবনে। লাইরিক অসিগী হৌফম অমদি লোইফম ওইরিবা পুন্নমক অসে মপু মাগী মতিক ময়াই অমদি মশক শক্তমশিং লোইননা মাগী লৈরিবা কয়াৎলোল শিংদগী লৌজবনি। অসিগা লোয়ননা থাঙ-তাগী ওইবা মহেরোইশিংনা স্টেটতগীনা ইন্টর্নেস্নেলগী লৈরিবা থাক ফাওবদা মহেশিং অসিবু চাংদম্নবা অমদি য়েংদম্নবদা মীথোই-মীহেনবগী মনা ফংলবশিংগী মশকপু তারুনবা খঙননবগী শক্তম মঙা অসিবুসু পললানদবিগী মশক শক্তমবু ওইবনি। - ১) মালেম, ২) থা, ৩) শজিক, ৪) থাবা, ৫) নুমিৎ, মঙা অসিগী মতিক ময়াইশিং অসিবুনা থাঙ-তাগী মহেরোইশিংগী মীথোই মীহেনবগী খঙন খুদমগী খঙনরিবা পললানদবিগী শক্তম্মু লৌজবনি অদুগা মহেরোইশিংগী লৈরিবা শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী থাক্তা লৈরিবা মহেরোইগী লিক্রম তরেৎ অসিবুনা লৈশেমলোলগী ওইবা ইমা তরেৎকী মশকপু খঙনৈ। তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা পুরেল ফাওবগী থাক্তা লৈরিবা শিনতাক পুরেল মঙা অসিগা থানা পজেং থেৎপগী খোঙা হায়না লৈরিবা লিক্রম মরি অসিগা থারগা লিক্রম মাপল অসিবুনা লৈশেমলোলগী লাইপুংথৌ মাপলগী মতিক ময়াই অদুবু খঙনৈ। পুন্নমক অসিবু শুপচিল্লগা লুচিং কোকলেলগী খঙনরিবা লিক্রম অসিনা অমা হায়বদুবু খঙনৈ।

অসিগুম্লবা লৈশেমলোলগী লিক্লম লিচৎ কয়াশিং অসিদগী লৌদুনা থাঙ-তাগী লিক্লম লিচৎপু শেমজবনী। মরম অসিনা অসিগুম্লবা থাঙ-তাগী কাংলোল, লৈঙাকলোল, লৈশেমলোল, মীশেমলোল অরিবা লিক্লমগী ওইবা লাইরিক অসিবু থাঙ-তাগী লিক্লম লিচৎ হায়না মিং থোন্জবনি। থাঙ-তাগী কাংলোল লিক্লম কয়াশিং অসিবু মপুং ফানা খঙজ-হৈজনবা হৌজিক ফাওবদা ঐহাক্না তমজরকপা অমদি লোইনজরকপা শিনতাকপশিং - ঐহাক্কী পুন্সিদা থাঙ-তাগী খ্বাইদগী ইহান হানবা শিনতাকপা ওইবীবা - ১) আর:কে: নোংথোনসনা, শগোলবন্দ বিজয়গোবিন্দ, ২) মোইরাংথেম মণি সিংহ, শগোলবন্দ মোইরাং হনুবা লৈরক, ৩)মোইরাংথেম বাবাসনা, মোইরাং হনুবা লৈরক, ৪) লৈতানথেম হেরামোৎ, কোংপাল চনম পুখ্রিমপাল, ৫) ময়াংলম্বম থাবল মৈতৈ, ৱাংখৈ অঙোম লৈকাই, ৬) কাংঙবম শ্যামকিশ্বর, কাংঙবম লৈকাই, ৭) মোইরাংথেম ইবেতোম্বি, থাংমৈবন্দ লাইচিং উমং লৌরুং পুরেল লৈকাই, ৮) নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক নিংখোংজম লৈকাই, ৯) চোংথাম অচৌ সিংহ, শগোলবন্দ অমুদোল অখাম লৈকাই, ১০) থোংঙাম বিরা সিংহ, ককচিং খুনৌ থোংঙাম খুল, ১১) সাইখোম নোদিয়া মৈতৈ, ৱাখা লৈমাচিং, ১২) সুখাম মরু তোম্বি, শিংজমৈ চিংঙামথক, ১৩) সিন্নাম দেবব্রতা, কৈশামখোং লাইশোম লৈরক, ১৪) বিরজিৎ ঙাঙোম্বা, নাগামপাল কংজাবি লৈরক, শিনতাকপা তরামরি অসিগী মফমদগী ইরমদমগী ওইবা মহৈ থাঙ-তা অসিবু তমজরকখি। অসিগা লোয়ননা অতোম্পা মীরমগী ওইবা মশান্না কুংফু অমদি তাইকোন্দোগী মহৈ মখল অনি অসিবুনা ঐহাক্না তমজরকপা শিনতাকপশিং ১) এস জোইবী, শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, ২) অরাম্বম কিরন, কাংঙবম লৈকাই, ৩) খুমুকচম বিনোই, শগোলবন্দ নেপ্রাম মেন্জোর পুখ্রি মপাললনি।

মথ ৎা থমজরিবা শিনতাকপা পুন্না তরাতরেৎ অসিগী মফমদগী মহৈগী কাংলোল কয়ামরুমবু তমজরকপনি। মীরমগী ওইবা মহৈশিং অমদি ইরমদমগী ওইবা মহৈ থাঙ-তা, মুক্না, শরিৎ-শরাক, মীহাৎ-মীকল অমদি লালথাঙ, লৈতেং থাঙ, খৌশারোল, চাইনা তা, থেঙৌরোলনচিংবা কুপ্লবা লালোং কয়া অমদি লৈশেম্লোন খৌনিরোল, লাইনিং কাংলোলনচিংবা কয়াবু মপুং ফানা তম্বীরক্লুনা করিসু খঙজদ্রবা অমক্কী মশক ওইনা লৈজরিবা ঙরাংতগী নাৱাবু অঙানবা লম্লেলদা লমচিংবিদুনা মীকপ থোকহনবীদুনা ইমান-ইমান্নবা ময়ামগী মরকপু তিনবা ঙমহনবিবা শিনতাকপুরেলশিং নখোয়গী শিংবা ঙম্লরোইদবা মীনুংশি নখৌজাল অসিগী নপান্ননি। থাঙ-তাগী লমদা ঙসি ফাওবা কৎথোকপগী লোয়বা নাইদ্রবা শিনতাকপুরেলশিং নখোয়গী লমনদি করিসু খঙজ হৈজদ্রবা নাৱানা পুন্সিগী শিংবা ঙমজররোইকো। অদুবু সনাগী মহুৎ লৈনা শিনবগুম, লুপাগী মহুৎ হৈনা শিনবগুম নখোয়না পুন্সিগী কৎথোকপা কয়াগা ঈরোইননা শিনতাকপুরেলশিং নখোয়গী পুন্সিগা শিন্নদুনা ঙসি ফাওবা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈশিং অসিবু মালেমদা মশক তারুনবা হোৎনবিরিবা নখোয়গী খোঙ্গুলবু লিজদুনা চৎচবা ঙমজবা অমদি নখোয়গী খুদুং ইনবা ঙক্লনবা হোৎনজবা কয়ানা নখোয়গী পুন্সিগী শিমঙম্লরোইদবা লমনবু শিংবা শকচগেকো নাৱানা।



# লৈশেমলোল অমসুং থাঙ-তা

ঐখোয়গী ইরমদম মালেম অসিদা য়েলহৌঙেদ্বী হৌনা য়াম্না মতিক মঙাল লৈনা, কন-থৌনা পাল্লম্বা অমদি লৈপাক্কী ঙমখৈবু ঙসি ফাওবদা কায়হন্দনা ঙাক্তুনা থম্বীরম্লীবা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা য়েলহৌঙেদ্বী শাগোন্নদুনা লাক্লবা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিগী মপান্ননি। অসিগুম্লবা থাং-তাগী মহৈ অসিগী নুংগী ওইবা হৌরকফম অসিদি মালেম অসি করিসু লৈত্রিঙৈ, ইমম মম্না অমম্বগী মশক ওইনা লৈরিঙৈগী মতম অদুবু আ চক হায়না খঙনৈ। আ চক হায়বদি অহাংবা ইকোক কোকপা করিগুম্বা অমত্তা লৈত্রিঙৈগী মতম অদুবু খঙনৈ। মতম অদুদদি তেংপানবা মপু মহাক্তমক লৈরম্মী। তেংপানবা মপুনা তাইবং মালেম অসিবু শেমগৎলগে নিংলক্লবদা আ চক হায়বা অসিদ্বী চক মথং মথং পুথোরক্তুনা চক তরানিথোই শুনা শেম্লকখি। মদুদি আ চক, আ-হা চক, আ-ই চক, আ-য়া চক অমদি কহঙ্ক, তহঙ্ক,, থহঙ্ক, পহঙ্ক লোয়নননা হয়ি চক, হয়া চক, লাংবা চক, কোন্না চক (খুনুং) হায়না খঙনরিবা চক তরানিথোই অসিবু পুথোকখি। আ চক হায়বদি অহাংবা ইকোক কোকপা ইতিং তিংবা পাখংবগী মতমবু ওই। অসিবু অতিংকোক পাখংবা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্লবা অতিংকোক পাখংবা অসিদি অহাংবা পাক চাওরবা য়ুনিভর্স অসিবু পুম্নমক খঙই হায়বগীদমক অতিংকোক মরু শিদবা পাখংবা হায়না খঙনৈ। আ হায়বা অহাংবা য়ুনিভর্স অসিদ্বী চিথরকই হায়বগীদমক আ-চি পাখংবা হায়নসু খঙনৈ। অমুক আ-চি পাখংবদ্বী নংথরক্তুনা নুমিৎ, থা, থৱানিচাক, শজিক থবা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, মালেম, অতিয়া পুম্নমকপু তেংপানবা মপুনা অনমমত্তা ওইনা মথং মথং পুথোক্তুনা শেম্লকখি হায়বগীদমক অনচি পাখংবা হায়না অমুক লাকখি। ইহান হানবদা অতিংকোক পাখংবনা মঙাং লাথাবি, লুৱাং লাথাবি অমসুং খুমন লাথাবি হায়বা থেঙৌরোল অহুম্বু চোংখি। অসিগুম্লবা থেঙৌরোল অহুম অসিদ্বী অমমমদ্বী অহুম অহুম অমুক্কা পুথোক্তুনা থেঙৌরোল মাপলমকপু পুথোক্তুনা মপুনা চোংখি। অসিদ্বী হৌজিক থক্তা থোক্লিবা লাইপুধৌ মাপল হায়না খঙনরিবা প্লানেট মাপল অসিবু মথং মথং পুখোকখি।

অসিগী তুংদা মপুনা অমুক থেঙৌরোল অহুমদ্বী লৌদুনা মতম অহুম্বু পুরিবা মঙাং, লুৱাং, খুমনগী মতম অহুম্বু পুথোকখি। অসিগুম্লবা থক্তা থোক্লিবা লাইপুংথৌ (প্লানেট) মাপল অসিগী শক্তম শকওংবু লৌদুনা মপুনা অমুক মালেম অসিবু ঙারুনবা মাইকৈ ঙাকপা লাইপুংথৌ মাপল হায়না অমুক্কসু পানগী ওইবদা পুথোক্তুনা শেম্মীখি হায়না লৈপাক্কী খঙ-হৈরবা ফাৎলম-ফাথিবশিংনা লাইরিক ওইনা ইদুনা তাকপীরমই। অসিবু পানগী ওইবদা লাইপুংথৌ মাপল হায়না খঙনবনি। অসিদ্বী তেংপানবা মপু অতিংকোক পাখংবনা পলেমগী শক্তমবু ওইরিবি লাইরেম্মী তরেৎপু অমুক থেঙৌশানা পুথোকখি। অসিবু ঙসি তাইবং ওইবা ঐখোয়না নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশ, শগোলশেল, ইরাই, থাংজা হায়না খঙনরিবা চয়োল

অমগী মনুংদা লৈরিবা নুমিৎ তরেৎনি অসিবু খঙনৈ। অসিগুম্লবা নুমিৎ তরেৎনিগী ওইবা খঙনরিবা থেঙ্গৌরোল অসিদি তেংপানবা মপুনা মশাদগী মশা ওইনা পুথোক্লুনা শেম্লা মচা ইবুংঙো অশিবা কৌবা লাইনিংথৌ অসিদা থৌদাদুনা পাখোল শিদুনা মালেম অসিবু লৈশেম্মো হায়না শেমহল্লবদা অশিবনা মালেম শেম্লবু করম্না শেম্বনো হায়না মপুনা মিৎয়েং থল্লক্লবা মতমদা অশিবনা তাইবং মালেম অসিবু শেম্বগী মওং-মতৌ কয়াশিং অদুবু তেংপানবা মপুনা নোংফলনা, লৈনিক্লা, লৈফলনা, লৈখোম্না, অচাইনা, অতালনা, অকাওনা য়েংখিবা মওং মতৌ কয়াশিং অদুদগী লৌদুনা থেঙ্গৌরোল তরেৎ অসিবু চোংদুনা পুথোকখি। অসিবু ঙসি তাইবংনা চয়োল অমগী মনুংদা লৈরিবা নুমিৎ তরেৎনি অমদি থক্তা থোক্লিবা খোংজোমনুবী তরেৎ হায়না খঙনরিবা অসিবুসু খঙনৈ। অসিদগী অমুক তেংপানবা মপুনা লাইপুংথৌ মাপল (প্লানেট)অমদি মঙাং, লুৱাং, খুমন অহুম্বু পুন্না লৌদুনা থাবুম তরানিখোইমকপু পুথোকখি। অসিবু তাইবংনা ঙসি শজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন, থৱান, লাংবন, মেরা, হিয়াঙ্গৈ, পোইনু, ৱাকচিং, ফাইরেন, লমতা হায়না খঙনরিবা অসিবুনি। অসিগী তুংদা অমুক অশিবনা লুচিংদুনা তাইবং মালেম্বু শেম্লকপগী মওং মতৌশিং কয়াসিদগী লৌদুনা ঙসিগী তাইবংনা লৈপাক্কী ওইনা থৌরম থৌদা কয়াদা শিজিন্নরিবা থেঙ্গৌরোল মাপল অমদি লম লমগী ওইনা কোনবা থেঙ্গৌরোল চাম্মগনিপালমকপু মথং মথং পুথোকখি হায়বসিগী ৱারী শিংবুল কয়া মখাদা অমুক থমজরি।

মালেম অসিদা য়াম্না ঙল্লিঙৈগী কহঙ্ক চক্কী মতম অদুৱাইদা ওইগনি হায়না থাজনবা মতম অদুৱাইদা মালেম অসিদা ঈশিংনা থুমদুনা লৈরম্বদগী ঈশিংনা কংথরক্লুনা ঈশং ওইনা লৈরক্লবা মতমদা অশিবনা লুচিংদুনা ঙসিগী তাইবং মালেম অসিদা লৈরিবা মীওইবা অমদি থৌৱায় পানবা পুন্নমক্লা থুন্দা লৈতাদুনা লৈবা য়াননবা শেমগৎলকপা শাগৎলকপা কয়াশিং অদুগী মওং মতৌশিংদগী লৌরগা লৈশেমলোলগী অমদি লৈঙাকলোলগী থেঙ্গৌরোল কয়ামরুম পুথোকখি। থেঙ্গৌ হায়বদি পুন্নমকপু থেংনা (য়ৌনা) খংবা অমদি অহানবা অমসুং অরোইববু খঙনৈ। মীওইবনা পোকপদগীনা হিংবা, হিংবদগীনা শিবা ফাওবগী মনুংদা খংনবা পরম কয়া অসিবু থেঙ্গৌরোল হায়না খঙনৈ। অমদি পোকপা, হিংবা, শিবগী মনুংদা লৈরিবা চৎনকাংলোলশিংগী পরম কয়াবু মুন্না খঙলবা, হৈরবা মীশক অদুবু থেঙ্গৌরোলবু খঙলবা হৈরবা মীশক্কী হায়না তাইবংনা শিংথানৈ হায়না থেংনজে। তাইবং মীওইবনা পোকপা, হিংবা, শিবা অমদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লোয়নননা মঙাং, লুৱাং, খুমন হায়রিবা তাইবঙবু শেম্লকপদগী য়াওরক্লবা পুন্নমক অসিবু ঐখোয়গী লাইগী মশক ওইরবা ইপা ইপুশিংনা হো, রো, শো, হায়না খঙনৈ। হো, রো, শো, হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী মতিক ময়াই মঙাল অমদি শকওং-শক্তম্বু খঙনৈ। অসিগুম্বা হো, রো, শোগী মশক শক্তম অহুম অসিবু কুরুম অহুম হায়নসু খঙনৈ। অদুগা হো, রো, শো, লৈথক অমদি লৈখা নত্রগা নুমিৎ, থা, থৱান্মিচাক, মালেম, অতিংঙাগী লাইশক মঙামকপুনা পল্লানদবী হায়না অমুক খঙনৈ। পল্লানদবী হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, মালেম, অতিয়া

মঙামৰ্কী মতিক ময়াই অমদি শক্তম শকওংবু খঙনরিবা কুরুম মঙা অসিবুসু পল্লানদবী হায়না খঙনৈ, অদুগা নুঙদা তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী হকচাংগী কয়াৎনুংদা অমুক পুশিল্লগনা তাইবং মীওইবগী থৱাই মঙা হায়বদি মিৎ, নাকোং, নাতোন, খোঙ অমদি খুৎ হায়না খঙনরিবা মঙা অসিবুসু পল্লানদবী হায়না লাইগুল্লবা শিনতাক পুরেলশিং অমদি ফাৎলম ফাৎথিবশিংনা তাকপীরম্মী। তাইবংপানবা মপুনা পুন্নমকপু য়াৎথোক্লুনা তাইবং মালেম কোরৌবু মথং মথং শেম্বা লোইরদুনা মতুংদা অমুক থৱাই পানবা শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হৈবা-শিংবা ৱাখল খনবা ঙম্বা হায়নিংবা ঙাংনিংবা শকনিংবা ফোংদোক্নীংবা পুন্নমকপু ফোংদোকপা ঙম্বা অনিংবা অপাম্বা পুন্নমকপু থবক ওইনা পাংথোকপা ঙম্বা তাইবং মীওইবা হায়বা অসিবু শেম্লকখি। তাইবং মীওইবা হায়না খংনরিবা অসিনা পম্মৌ ইপাগী মথানুংদা থাবুম অনি নাওপুরগা অমুক পম্মৌ ইপানা পলেম ইমাদা শিন্নবীদুনা পলেম ইমানা অমুক থাবুম তরা অমগা নাওপুদুনা পলেম ইমাগী ইরেমখাকপু চাদুনা অঙাংগী নাৱানা তাইবংদা ফাওরক্লবগী মতম্বু ঙাইদুনা লেপ্লকই হায়বগীদমক অঙাংগী নাৱা ওইবা অসিনা হয়েং তাইবং ফাওরক্লবা মতম অদুদা অঙাংগী নাৱা ওইবা অসিবু ইচা হায়না খঙনৈ। অদুদগী নুংশিরবা ইচা ওইবা অসিনা হয়েং তুংদা তাইবং মালেমদা মপুং মরৈ ফানা চাওরক্লবা মতমদা মশাবু মতিক চানা হিংজবা য়াননবা অমদি ইংনা চিক্লা লৈজবা ঙম্নবগীদমক্তা তাইবংপানবা মপুনা থাং-তাগী ওইবা ওইবা মহৈবু পুথোক্লুনা শেম্বীরমখি। লোয়ননা থাং-তা. চুং-চুংকোইগী খুৎলাইগী মখলশিং কয়া অসিবু পলেম পম্মৌ অনিগী হকচাংগী কয়াৎনুংগীদা লৈরিবা শক্তম শকওং কয়াশিংদগী লৌদুনা শেম্বীখি। তাইবং মীওইবনা মালেম অসিদা খোংদারক্লুনা তাইবংগী কুক্কৈবু শান্নহল্লগে হায়না তেঙপানবা মপুনা পাইমা-নুংদা নিংলক্লবদা হয়েং মালেমদা তাইবং মীওইবনা চাদা নাওতাদুনা লৈরক্লবদা তাইবং মীওইবনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবগীদা চংদবা শুকয়ামক য়াদ্রবা থাং-তা অসিবু তেঙপানবা মপুনা মখল মখা কয়াগী থাং-তাগী ওইবা মহৈ কয়ামরুম থোক্লা পুথোকপিরমখি।

তেঙপানবা মপুনা থাংগী ওইবা মশক অসিবু পলেম ইমা লৈমরেলশিদবী ইমাগী হকচাংগী কয়াৎনুংদা লৈরিবা তাইবং মীওইবনা থোক্লকফম্বু ওইরিবা পলেম ইমাগী মিথোকফমগী কয়াৎনুং অসিগী শক্তম শকওংবু লৌরগা ঙসি তাইবং মীওইবনা মখল মখা কয়ামরুমগী শিজিন্নরিবা থাং অসিগী শক্তম কয়াশিং অসিবু পুথোকপিখি। অদুগা তাইবং মীওইবনা শা-লালগী মতমদা মশাবু কনজনবগীদমক্তা শিজিন্নরিবা য়াম্না মরু ওইবা খুৎলাই মখল অমা ওইনা হৌজিক তাইবং মীওইবনা শিজিন্নরিবা চুংকোই হায়না খঙনরিবা খুৎলাই মখল অসিগী শক্তম-শকওং অসিবুনা তাইবংগী নাৱা ওইবনা পলেম ইমাগী পীবুকনুংদগী তাইবংপানবু ফাওরক্লুনা শাথোক্লকপগা পলেম ইমানা অঙাংগী নাৱাবু নাওয়োক নাওকোনবীদুনা পলেম ইমাগী শিদয়াই, নাদয়াইগী মশকপু ওইরিবা পলেম ইমাগী খোইথুম্নরবা খোমলাংবু ইনবীদুনা তাইবংগী নাৱাবু মপুং মরৈ ফাননবা নাওয়োক নাওকোনবীরিবা পলেম ইমাগী কয়াৎনুংগী ওইবা মশক শক্তম অসিবু

লৌরগা তেংপানবা মপুনা চুংকোইগী ওইবা মশক শকওংবু পুথোকপিখি। অদুগা লোয়ননা তাইবং মীওইবনা হৌজিক শিজিন্নরিবা তাগী ওইবা খুৎলাইগী মশক শকওং অসিবুনা তাইবং পানবা মপুনা তাইবং মীওইববু শেম্লকপদা পলেম ইমাগী মফমদা তাইবংপানবা মপুনা অচি মরুবু হুনবিরিবা তাইবংপানবা মপুগী হকচাংগী কয়াৎনুং অসিগী শকওং শক্তম্বু লৌরগা তাগী মশক ওইবা খুৎলাইগী মশক শকওংবু পুথোকপিখি। অদুগা তাইবং মীওইবনা তাগী ওইবা খুৎলাই অসিবু পায়দুনা শিজিন্নরকপদা শিজিন্নরিবা ঙসি তাইবং মীওইবা ঐখোয়না চুং হায়না খঙনরিবা খুৎলাই মখল অসিবুনা তেঙপানবা মপুনা ঐখোয় তাইবং মীওইবগীদমক্তা য়াম্না মরু ওইরিবা চুংগী শক্তম অসিবু তেংপানবা মপুগী মমিগী শক্তমবু লৌদুনা শেম্বীরম্বনি হায়না শিনতাকপুরেলশিং অমদি ফাৎলম-ফাৎথিবশিংনা তাকপিরম্মী। তেংপানবা মপুগী মমিগী শক্তমদগী লৌদুনা খ্বাইদগী ইহান হান্না পুথোকখিবা চুং অসিদি হৌজিক্কী মীওইবশিংনা পায়নরিবা অমদি শিজিন্নরিবা চুং মখল অসিগা খরা খেন্নে। মতমদুগী ইহান হানবদা তাইবং লৈশেমলোলগী মর্তো তমদুনা থেঙ্গৌ চোংবদা অহানবদা পুথোক্লনা পায়খিবা শিজিন্নখিবা চুংদি মকোক মরু মখোং শুনা পানগনি। অদুগা য়াংকোক মওং মানবদা য়েরুমগী মওং ওইরপ লৈগনি।

অসুন্না থাঙ তাগী ওইবা খুৎলায়শিং অসিবু পলেম ইমাগা পল্লৌ ইপাগা অনিগী হকচাংগী ওইবা কয়াৎনুংদগী হৌরকই হায়বগীদমক তাইবং মীওইবা ঐখোয়না থাঙদি ইমানে তাদি ইপানে হায়না তাইবংনা ঙসি খঙনরিবা অসিনি হায়না শিনতাক পুরেলশিংনা তাকপী। অসিগুম্লবা মরম কয়াশিং অসিবু লৈবনা তাইবং মীওইবনা হৌজিক শিজিন্নরিবা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অমদি মশক শক্তম কয়াশিং অসিদি মীওইবনা পোকপদগী য়াওজরল্লবা মহৈনি। থাঙ-তাগী মহৈ অসিদি তাইবং লৈশেম্বদগী হৌনা য়াওজরল্লবা অমদি মীওইবনা পোকপদগী মশাদা লোইনজরল্লবা মহৈ ওইরল্লবনা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু লাইগী ওইবা মহৈনি হায়না খঙনৈ হায়না ফাৎলম-ফাৎথিবা কয়াশিংনা তাকপি। তেঙপানবা মপু শলাইলেল শিদবনা মালেম অসিবু লৈশেম্বা লোয়রদুনা অমদি তাইবং পানবদা লৈরিবা থৱাই পানবা পুম্নমকপু শেম্বী শাবীবগা লোয়ননা থৱাই পানবা পুম্নমক্কী মশা মশাগী ওইবা হিংবদা নুংঙাইগদৌবা অমদি চান্নজগদৌবা লোয়ননা মশা কন্জগদৌবা, মশাবু য়েক্লবশিংদগী ঙাকথোকচনবা চেনবা ঙম্বা, পাইবা ঙম্বা, চোংবা ঙম্বা, ঈশিংদা লৈবা ঙম্বা, কংফালদা লৈবা ঙম্বা, লৈনুংদা লৈবা ঙম্বা, মহু চেন্বা, মহু চেন্দবা কয়া অসিনচিংবা থৱাই পানবশিংগী ওইবা মখল মখা কয়াগী মশা মশাবু তাইবং পানবা অসিদা লৈবদা চান্নগদৌবগী মওংদা চান্ন-চান্ননা শেম্বীরম্বগুম্না তাইবং মীওইবা ঐখোয়গীসু মখল মখা কয়ামরুমগী মহৈ মখল মখল শেম্বীদুনা থম্বীরম্মী। অসিগুমবা মহৈশিংগী মনুংদা লৈশেমলোলগী ওইবা খেঙ্গৌরোল অহুম, মঙাং লাথাবি, লুৱাং লাথাবি, খুমন লাথাবি অমদি থেঙ্গৌরোল মাপল লোয়ননা থেঙ্গৌরোল তরেৎ অমদি লৈশেমলোল মপুম, লৈশেমলোল মচেৎ হায়না খঙনবা থেঙ্গৌরোল চাম্মাগনিপালমকপু পুথোকপিখি। মথংদা খৌশারোল মাপল,

অদুগা থেঙ্গৌরোল মাপলগী মহুৎ শিন্দুনা চোংবা য়াবা লাইরোল য়াওনা চোংবা খৌশারোল মাপল, অমদি মুক্লা, শরিৎ-শরাৎ, শরাক, লানথাং, লৈতেং থাং, চাইনা তা, লৈতেং তা মখলশিং অসিসু অমনি। তাইবং পানবা মপুনা থাং-তা মুক্লা শরিৎ-শরাক্কী ওইবা মহৈশিং অসিবু শেম্বীরম্বতা নত্তনা তাইবং মীওইবশিংনা হিংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা য়াম্না মরু ওইরিবা খঙবদসু য়াম্না কান্নরিবা খঙদবসু য়াদ্রবা মাগী মাগী ঈগী ওইবা মখল মখল কয়া অমসু মচা খায়না খায়দোক্তুনা থম্বীরম্মী। অসিগুম্লবা ঈগী ওইবা মখলশিং অসিবু ঐখোয়না হৌজিক য়েক তরেৎ হায়না খঙনরিবা অসিনি। য়েক তরেৎ হায়বা অসিদি য়েক অমমমগী তোঙান তোঙানবা ঈগী মশক অমমম্বু মশক খঙননবা খায়দোকপা অমসু ওইবনি। অসিবু ঐখোয়গী লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং খাঙানবা, শরাংলৈশাংথেম হায়না মশক তরেৎ থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্বীরম্লিবনি। অসিগী মরু ওইবা ৱাহনথোক অমনা হয়েং তুংদা নমু তাইবংনা পী, পা অনিনা য়ুম্বালমিন্নদুনা য়ুমলেপ চার তম্মীন্নবা মতমদা ঈ মরিগী ওইবা তিন্নবা য়াদবা মখলশিং অমদি কিন্নবা য়াবা মখলশিং অসিবু য়াম্না অরাইবা মওং অমদা খায়দোক্তুনা থম্বীরম্বনি হায়না তাকপি, হায়বদি মঙাংগা মঙাংগা লৌনা লৈনবা য়াদবা, লুৱাংগা লুৱাংগা লৌন-লৈনবা য়াদবা, খুমনগা খুমনগা, অঙোমগা অঙোমগা, মোইরাংগা মোইরাংগা, খাঙানবগা খাঙানবগা, শরাংলৈশাংথেমগা-শরাংলৈশাংথেমগা, ঈ মান্নবা মশেল লৌনা লৈনদুনা তাইবংগী য়ুম্বালমিন্নবদা মীওইবগী মশাদা অকায়বা অমাংবা লৈগনি অমদি মচাদা মশুদা হয়েং তুংদা চারোল শুরোলদা অনা-অয়েক তিনচং কাইচংবা ওইগল্লি হায়না ইপা ইপুশিংনা শুগাইনা তাকপীদুনা থম্বীরম্মী।

অসিগুম্লবা মখলগী ঈগী ওইবা মশক খায়দোকপগী চৎনবী অসিদি য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা য়াৎথোক্তুনা ময়েক শেংনা থম্বীরম্বগী খুদম অমনি। অসিগুম্লবা ঈগী মখল তরেৎ থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্বীরম্লীবা অসিবু লমদম অসিদা লৈরিবা ঐখোয় মীওইবনা হৌজিক য়েক তরেৎ হায়না খঙনরিবা অসিনি হায়না তাকপী। তেংপানবা মপুনা ঐখোয় মীওইবগী ঈগী মখল মান্নদবা য়েক তরেৎপু শেম্বীরম্বা অমদি মতম অহুম্বু পুরিবা মঙাং, লুৱাং, খুমন অমদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, মালেম, অতিংঙা, লোয়ননা নুমিৎ, থা, থৱান্মিচাক, মালেমনে, নোংথৌনে অসিবু পল্লানদবী হায়না খঙনরিবা অমদি লাইপুংথৌ মাপল লোয়ননা লাইরেম্বী তরেৎ অমদি মালেমগী চিথেক মরি, মায়কৈ নিপাল, সুংদাই তরাতরুক অমদি থাবুম তরানিথোইমকপু শেম্বীরম্লীবা অমদি শাবীরম্লীবা কয়াশিংগা থাং তাগী হৌরকফমগা পুন্না ইরোয়নদুনা হৌমিন্নরকপা অমদি লোয়নদুনা লাকপা পরম কয়াশিং অসিবু লৈবা মরম্না ঐখোয়গী থাং-তাগী ওইবা মহে অসিগী তম্নবগী পরিং পথাপ অসি তাইবং লৈশেমলোলগী কয়াৎনুংদগী লৌদুনা ওইখিবনি হায়বগীদমক থাং-তাগী তম্নবগী অমদি মহৈশিং অসিগী খংনা খুদমশিংগী ওইবা পরিং পথাপকী ওইবা লাইরিক মচা অসিমখক পুথোক্তুনা থমজরিবা অসি

লৈশেমলোলগী মনুংদা লৈরিবা লৈশেমলোলগী কয়াৎনুগী মনুংদা লৈরিবা লৈশেমনুংগী কয়াৎনুংগী শক্তম শকওং কয়াশিংদুবু লৌজরগা মমাংঙৈগী লৈজরম্বা চৎনরম্বা কয়াশিং অমদি হৌজিক হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা কয়াগী মওং মতৌগা চান্নগদৌবা অমদি চুনগদৌবগী মওং-মতৌ কয়া অমগা চুংশিন্নজদুনা শেমজবনী অসিগুম্লবা থাঙ-তাগী পরিং পথাপকী মওং অসি ঐহাক্না তমজরুবা শিনতাকপুরেলশিংগী মফমদগী তমজরকপা, ফংজরকপা অমদি খোমজিন্জবা কয়াশিংনা পুনশিন্জরগা থমজবনি। হৌজিক মখাদা থমজরিবা থাঙ-তাগী পরিং পথাপ লিক্রম লিখুল অসিনা হেক্তা অরোইবা হাইবদুমক্তি নৎচদে হৌজিক লৈরিবা অসিগী মথক্তা কোন্না হয়েং অৱাৎ অপা কয়ামরুম্বু অমুক হাপচিনবা য়াননবগী মওং অদুবু য়েংজরগা থমজবনি। অসুন্না ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা তুংদা থোক্লক্কদৌবা, ওইরক্কদৌবা থৌরম থৌদা খিবিক কয়া অমবু য়াম্না ঙল্লিঙৈগী মতমদগী য়াম্না ঙন্না হান্না উবীদুনা ঐখোয়গী চৎনবী চৎনরোল থৌরম থৌদা কয়ামরুম্বু ময়েক শেংনা মচা খায়না খায়দোক্তুনা থম্বীরম্লীবা অমদি উবীরম্লীবা কয়াশিং অসি লমদম অসিগী লৈজরম্লীবা থাঙ-তাগী থেঙ্গৌগী ওইবা মহৈ অসিগী নুংগী ওইবা পরম্বু য়াম্না মুন্না মশক খঙবা অমদি হৈবদগী হয়েং তুংদা থোক্লগদৌবা ওইরগদৌবা কয়াবু য়াম্না ঙন্না হান্না উবা ঙম্লম্বনি হায়না তাকপীরম্মী।

অসিগুম্বা পরম কয়াশিং অসিবু লৈবনা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিদি অসুক্কী মতিক হায়নিমঙাই লৈতনা থাক ৱাংই হায়বসি তাকই। ঐখোয়গী লৈজরম্লীবা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু মপুং ওইনা তম্বগী মওং অসি মালেমগী লৈনরিবা অতোপ-অতোপ্পা মফমগী মহৈশিংগা চাংদম্নরুবদা থোইদোক-হেন্দোক্না খেন্নবগী মনি অমখক তাবগুম থেংনজৈ। অসিগুম্লবা ঐখোয়গী থাঙ-তাগী মহৈ অসিবু য়াম্না নহা ওইরিবা মহৈরোইদগীনা মহৈ অসিবু মপুং মরৈ ফানা তম্লক্রুবা মহৈরোই ওইরক্রুবা ফাওবগী মনুংদা তম্লক্রিবা অমদি নৈনরক্লীবা খোংলোল, খুৎলোল, চৈ, থাঙ-তা পায়দুনা মহৈ অসিবু য়াম্না মপুং ফানবা তম্লিবা মহৈরোইশিংবু লাইগুম্লবা শিনতাকপুরেলশিংনা তাকপীবদা লৈঙাকলোলগী কাংলোল তম্বনি হায়না তাকপী। অসিগুম্লবা মহৈরোইশিং অসিদি থাঙ-তা তম্বা হৌদ্রি। হায়বদি য়াম্না মপুং ফাবা থাঙ-তাগী চপ চাবা ৱাহম্লোক লৈবা মশক অদুদি তম্বা হৌদ্রি হায়না তাকপী। অসিগুম্বা ৱাহম্লোক লৈবা থাঙ অমদি তা অসিবু তম্বা হৌবা অসিদি লৈঙাকলোল তম্বগী মনুংদা লৈখিবা খোঙলোল, খুৎলোল, চাইনরোল, থাংলোল, তারোল কয়াশিং অসিবু মপুং ফানা তম্বা লোয়রবা মতুংদা ইরৈপাক-ইরমদম অসিদা য়েলহৌঙৈদগী মালেম অসিবু শেন্বীরম্লিবা শাবীরম্লিবা চীংউ লাইগী মশক ওইরিবা ইবুধৌ-ইবেনধৌশিংনা থম্বীরম্লিবা য়াৎপীরম্লিবা মালেমগী ওইবা কয়াৎশিং অমদি লৈশেম-তুশেমঙৈগী ৱারী ৱাখোং শিংবুল কয়াশিংবু নৈনবা থিবা হৌবা অমদি তাইবং মীওইবনা পোকপা, হিংবা, শিবা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা অমদি মীওইবগী চাকচা ফম্ফম য়াহিপ লোয়ননা নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা চৎনবী চৎনরোল কাংলোল কয়ামরুম্বু মশক খঙনা থিবা তম্বা হৌবা

অমদি ঐখোয় তাইবং মীওইবগী ইশাদা য়াওজরিবা খঙফম থোকপা পুন্নমকপু খঙননবা তম্নবু থাং-তাগী ওইবা মহৈবু তম্না হৌরবনি হায়না তাকপী।

মথক্তা থমজখিবা লৈঙাকলোল অমদি থাং-তা হায়রিবা মখল অনি অসিবু য়াম্না মপুং ফানা তম্লরুবা খঙলবা হৈরবা মীশক অদুদি নমু তাইবং মীদা মী মীহেন, মী অথোইবা, মী মরু, মী অচংবা হায়না তাইবংনা শীংথানৈয়ে। অসুম্না ঐখোয়গী ইপু ইপাশিংনা থাং-তাদি তাইবং মীওইবনা পোকপদগী মশাদা লোয়নদুনা য়াওজরক্লবনে হায়না ব্রাহম্লোক পীবিরম্বগী মরম খিবিক লৈরিবা অসি মথক্তা থমজখিবা থাংনা পলেম ইমাগী শক্তম্ব ওইবা অদুগা তানা পম্লৌ ইপাগী শক্তম্ব ওইবা অসিবুনে। তাইবং পানবা মপুনা মশাদগী মশা ওইনা পুথোক্কুনা শেম্বীরম্বা থাং খৌপোম্বা অমদি তা খংশুনহা হায়না খঙনরিবা তেংপানবা মপুগী মতিক ময়াই লৈরবা থাং-তা অসিবু মচা ইবুংঙো অতোনবা পাফনবা কোনজিন তুথোকপা ইবুধৌ পাখঙবনা ইহান হান্না ইরৈবাক ইরমদম মালেম অসিদা ফম্বাল তোংবীদুনা ব্রায়েল থৌদা পুবীরবদা মপন পম্লৌ তেঙপানবা মপুনা মচা পাফলবনা ফম্বাল তোংবদা শুগদৌবা মতিক ময়াই লৈরবা থাং খৌবোম্বা অমদি তা খংশুনহা হায়রিবা থাং-তা অসিবু ইবুধৌ পাখংবদা শিন্নবীখি। অসিগুম্লবা মতিক ময়াই লৈরবা লাইগী মশক ওইরবা থাং খৌপোম্বা অমদি তা খংশুনহা অসিবুনা মশক অমা ওইনা লৈখ্রগা নাকল অমরোমদা অমুক য়েংবদশু অশেংবা ইপুধৌ পাখংবগী মশাদা লোয়নদুনা লৈজরিবা থাং খৌপোম্বা তা খাংশুনহা হায়রিবা মতিক ময়াই লৈরবা খুৎলাই মখল অসিদি তাইবং মীওইবগী মশাদা পোকপদগী লোয়নদুনা লাক্লবা য়াম্না মতিক মগুন লৈরবা খুৎলাই অমনি। মসিগী ব্রাহম্লোক্তি তাইবং মীওইবগী খুৎতোনবিদগীনা খুনিং ফাওবগী শরুক্লা য়ানবা, হায়বা-হুম্বগী মওং-মতৌ কয়াশিংবু থাং খৌবোম্বা হায়না খংনৈ। অদুগা তাইবং মীওইবগী খুনিং অমদি খুৎতোনগী শরুক্লা থিনবা শুবগী মওং মতৌ কয়াশিংবুনা তা খাংশুনহা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা মরম খিবিকশিং অসি লৈবনা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিদি তাইবং মীওইবনা পোক্লকপদগী অমদি লৈরকপদগী হৌনা মশাদা লোয়নদুনা লাক্লবা মহৈনি। অসিগুম্লবা থাং-তাগী মহৈ অসিবু লাইগী মহৈনি হায়না ঙসি তাইবংনা ঙাংনৈ, শৈথানৈ।

তাইবং মীওইবনা থাং-তা হায়না খঙনরিবা অসিগী কাংলোল অমদি খোঙলোল, খুৎলোল কয়াশিং অসিগী হৌরকফমগী মরূদি তাইবং মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা অচি মরূ শিদবা কৌবা মশক লাকঙমদবা ওইনিংবতা ওইবা, ওননিংবতা ওনবা শিবা নাইদ্রবা অমা কৌবা মঙোন্দগী লোয়নমক হৌরকপনি। অচি মরূ হায়বদি তাইবং পানববু শেম্বীরক্লীবা শাবীরক্লিবা অমা কৌবা থরাই পানবা শিবা নাইদ্রবা মাবুনে। মহাক্তি ইহাং হাংবা ইকোক কোকপা মফমদা লৈবনে হায়বগীদমক অতিংকোক মরূ শিদবা হায়না খঙনৈ। অতিংকোক

মরূদ্গী তিং-তিং লাক্তুনা অতিংঙা ওইয়ে হায়বগীদমক অতিংঙা মরূ শিদবা হায়নশু খঙনৈ। অতিংঙাদ্গী লেল ওইরে অমদি লেল ফংঙে হায়বগীদমক শলাইলেল শিদবা হায়নশু কোলোইনৈয়ে। মহাক্তি শকউ শকউদবা হায়নসু তাইবংনা শৈথানৈয়ে। তাইবং মীওইবনা পোকপা হিংবা শিবগী মনুংদা লৈরিবা চৎনবী চৎনরোল কাংলোল অমদি শকউ শকউদবা মহাক অদুবু মশক খঙননবা থিবা তম্বা অদুবু তাইবং মীওইবনা থাং-তা তম্বা হৌরবনি হায়না মরূ হকলবা শিনতাক পুরেলশিংনা তাকপী।

অসিগুম্লবা মরম, মফম, মতমগী ওইবা চৎনরোল ময়ামরুম্বু লৈবনা থাং-তাগী লীকলম লিচৎ হাইনা মিংথোনজবা লাইরিক অসিগী মনুংদা হৌজিক হৌজিক ফাওবগী ওইবা থাক্তা থমজরিবা থাং-তাগী চৎন কাংলোলগী পরিং পথাপ কয়াশিং অসিবু মপুং ওইনা লৌজরিবা য়ুম্ফম অসিদি মালেম লৈশেমলোল অমদি মীশেমলোলগী ওইবা কয়াৎ নুংদা লৈরিবা ১,৩,৫,৭,৯ অমদি মালেমগী চি ৪ মাইকৈ ৮ শুংদাই ১৬, ৯x৩=২৭ হায়না লৈরিবা থরাইগী মিবু ওইবা কুনতরেৎ হায়না খংনরিবা অমদি লৈশেমলোলগী য়ুম্ফম ২৫গী কায়ৎলোল অসিদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিকনি।

মথংদা মতমগী মতুং ইন্না কোন্না অমুক মখা পাকথোক চাওথোরক্লবগী ওইবা য়ুম্ফম অদুদি তাইবং লৈশেমলোলগী মনুংদা লৈরিবা ফমথোল ৬৪ অমদি লাইফম ১০৮ লোইন্না লমম্মিৎলোন ৩৬৬ হায়না লৈরিবা চৎনরোল অমদি কায়াৎলোন কয়াশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা হৌজিক্কী লৈরিবা থাক অসিদগী অমুক্কা হেন্না মরিক চুম্বা য়াম্না মপুং ফাবা থাং তাগী লিক্লম লিচৎ কয়াশিংবু পাকথোক চাওথোরকপা য়ান্নবগী ৱাখললোনদা য়ুম্ফম ওইনা থমজবনি।



# শিয়োমনুংদগীনা লুচিং কোকলেন ফাওকী মশক তাকপা

**১) শিযোমনুংঃ-** মালেমসিদা লৈরিবা ফুরুপ খুদিংমক মাগী মাগী মনাৎ লৈজৈবগুম ঐখোয়গীশু ইনাৎ লৈজৈ. ময়েক লৈজৈ। অদুগী মনুংদা ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা থাং-তাগী কাংলোলগী মনুংদা থেঙৌরোল মাপলগী মনুংদা সিয়োমনুংনা অহানবা তাক্ককনি। তাইবংপানগী চৎনবী খংদ্রিবা মী, থাং-তাগী কাংলোল খংদ্রিবা মী অদুবু সিয়োমনুং তম্বা কৌগনি। সিয়োমনুং হায়বা অসি পলেম ইমাগী পীবুক নুংদা থাবুম তরা নাওপুদুনা লৈরিঙৈ তাইবংপান ফাওদ্রিঙৈ অমম্বদা লৈরিঙৈগী মওং অমসুং মতমদুবু সিয়োমনুং কৌই।

**২) হৈনা চৎপাঃ-** থাং-তা তম্বগী খোঙচৎ থাং নত্রগা চৈ পায়দুনা খোংথাং, শাথেক, খোংচৎ, ফিথুপ হৈনা খোঙ থাংবা তম্বীবগুম তুংগী কাংলোল তমবা হৌগনি মসিবু হৈনা চৎপা কৌই।

**৩) শিনতম্বা ঃ-** মালেম অসিদা চৎনরিবা শা-লাল, লৈঙাকলোল, লাইনিং লিচৎ অসিনচিংবা তমগনি। মদুদি থাংলোল থাংবী তরুক অমদি থাংবি তরাগা লোয়ননা থাংয়ান থাংহাই তারোল খোঙলোল খোঙচৎ ফিথুপ মিৎয়েং শরৈ চৈঙাক চৈফুনচিংবা কাংলোল তম্ববু শিনতম্বা কৌই। তাইবং মীওইবনা কাংদোং ফারবা মতমদা মমা মপা ওইবশিংদুনা তাইবংগী চৎন-কাংলোল তম্বীবগুম থাংগী থাংলোল, চৈরোল, তাঙ্কক নাইনা তম্ববু শিনতম্বা কৌই।

**৪) থৌপুবা ঃ-** করিগুম্বা মী অদুনা মালেম কোইনা শিনতাকপা ঙম্নবা তম্বা কাংলোল কয়া হায়বদী থাংগী থাংলোল তরাগী খোঙচৎ, চৈঙাক, থাংঙাক, শাথুপ, মিৎয়েং, চৈফু, তরা অসিগী খোঙচৎ নিপানগী খায়থরকপা থাংলোলগী শরৈ, খোঙচৎ, থাংলোল তরানিথোইগী খোঙচৎ, থাংয়ান, থাংঙাক, অসিনচিংবা খুৎলোল-খোঙলোল খোঙচৎ কায়দনা তমগনি। খুৎকী লৈতেং থাংহাই মথং মনাও কাইদনা তমগনি। লোইননা লৈশেমলোলগী খোঙচৎ থাংয়ান ফিথুপ, থাংঙাক নৈনগনি। মীওইবনা লৈরিবা মখৈ লৈপাক শেম্বা লোইদবগুম থাং-তাগী লৈশেমলোল তম্বা লোইবা লৈতে। তাগী তারোল মাপল তম্বগী খোংথাং তা পায়বগী ফিথুপ শাথেক তাথিন খংনা তম্ববু থৌ পুবা হায়না কৌই।

**৫) লৈকোইবা ঃ-** লৈকোইবা হায়বদি থৌপুরক্লবনিনা লৈপাক কোইনা শিনতাক শিনদম্বা চৎতুনা মচা মনাই শিনতাক্কনি মরম অদুনা মহৈ মশিং মপুং ফানা তমহৌদ্রবদি লমকোইবা য়াদবগুম থাং-তাগী নুংগী, পানগী থৌদা পুন্নমক খঙগনি।

খোঙফম লেংদবগী কাংলোল তরানিথোইগী ফিথুপ, খোঙফম অহুমগী শরৈ ফিথুপ, খোঙফম নিপালগী খোঙচৎ, খুৎলোল, চৈফু, চৈঙাক অসিনচিংবা তমগনি হয়াবদি লৈপাক কোইনা তরা তিন্না অফ ফত্তা শিনতাক শিনদমদুনা কাংলোল কয়া তম্ববু লৈকোইবা কৌই।

**৬) হিরি কোনবাঃ-** পুন্সি ময়াই হৌজিল্লক্লবা মানা মানা থেংনরকপা কয়াশিং অফ-ফত্তা, অরুম-অয়াং থিদুনা ইপা-ইমাবু কদাইনো, থাং কৌবনা করিনো, তা কৌবনা মতৌ করম্না কৌথিবনো নুংগী ওইবা পানগী ওইবা ইখংমক খঙদবা য়াদ্রবা মীওইবগী লমবী অমা নুংদা থম্বীরমই। অসিগুম্বা কাংলোল অসিবু খঙননবা তম্ববু হিরী কোনবা কৌই।

**৭) শিনতাকপাঃ-** মায়োক্লবা মতমদা মিৎকা মিৎকা চান্নদুনা ফিথুপ নাইনা শোর কাংলোলগা লোইননা অঙম অঙম্বা চাইনবা শা-লাল, লৈঙাকলোল, লাইনিং-লিচৎ, য়ুম্বাল্লোল, পোকপা, হিংবা, শিবা মতম অহুমগী নুঙ অমসুং পানগী ওইবা তুংগী তুংবুরোইশিংগী শিনতাকপা শিন্দম্বীবা ঙম্বগী থাক অদু য়ৌনা তমদুনা মচা-মনাওশিংবু থাং-তা শরিৎ-শরাক কাংলোল কয়া মপুং ফানা তাকপী তম্বীবা ঙম্নবা অদুবু শিনতাকপা কৌই।

**৮) তাঙ্কক লৈকোইবাঃ-** থৌ পুরক্লবনিনা লৈপাক লৈকোইনা চৎলক্কনি। মরম অদুনা ইপা-ইপুশিংনা থম্বীরম্না ইনাৎ-লাইনিং, থকশি-খাশি, চৎনা-লোনচৎ, য়ুম্বাল কৈপাল্লোল, পোকপা, হিংবা, শিবা, নুংগী ওইবা থাং-তা-চুংগী পুৱারী লৈঙাকলোল লৈশেমলোল অমসুং মীশেমলোলগী য়ুম্ফম হৌরক ৱারী থাংগী খোঙচৎ, থাংহাই, থাংকোৎ, থাংলৈ, চাইনবগী ফিথুপ, থাংঙাক্কী ফিথুপ, খুৎলোল, তাগী তারোল মাপলগী মনুংদা শাবা য়াবা থৌশানচিংবা, নিংশা কাংলোল শাজেল কাংলোল, খুৎলায় পায়বগী ফিথুপ, খুৎলায় পায়দবগী ফিথুপ অসিনচিংবা কয়াবু লৈপাক কোইনা চৎতুনা খিববু তাংকক লৈকোইবা কৌই।

**৯) অচি শিনতাকপুরেল ঃ-** মীওইবনা হি-য়াই ওইবা ঐখোয়গী য়েক তরেৎকী ইপা-ইপুশিংনা পোকপদ্গীনা শিবা ফাওবগী লম্বী খঙনবা থাং-তা তম্বা হায়বগী কাংলোল থেঙ্গৌরোল মাপলগী অমদি লৈশেমলোল কাংলোল মীওইবা অমগী মফমদা তাকপী তম্বীনবা হি-য়াই ওইববু ইশানা খঙনা উহৌদ্রবদি শিনতাকপা য়ারোই শিনতাকপা ঙম্নবা তম্বা হায়বসে থম্মোয় অশেংবা মীওই ওইবা নত্রবদী তানফংলোয় খঙবা ইশানা ইশাবু মশক খঙবা ওইগদৌবনে,

অমদি থেঙ্গৌরোল মাপলগী অমদী থাঙগী ওইবা থেঙ্গৌরোল তরেৎ লোইননা মঙাং লথাবি, লুৱাং লথাবি, খুমন লথাবিবু মুন্না মশক খঙবা থিবা ওইগনি। তাইবংগী পোকপা হিংবা শিবগী পরম্বু মশক মুন্না খঙলবা হৈরবা মীশকপু অচি শিনতাকপুরেল ওইগনি।

**১০) হিরি কোনবা শিনতাকপুরেলঃ-** মীওইবনা থাঙ-তা তম্লকপগী কাংলোল - থাঙদি ইমানে, তাদি ইপানে তাওরোইনাইগী মথেক্না থাঙ ওইখি অমশুং মথেক মথেক মাপলমক্না থাঙ ওইখিঙৈগী ৱাবু খঙ্গদৌবনে। মখোক্না কৌব্রুনে, কোম্বাংনা থাঙজিংনে, থাং ময়ানা লৈমরেলনে, খোকচংদি কৌব্রনে, থাঙদোনদি সোইয়াম ৱানে। থাংগী চাদা খঙবা, থাঙগী মমিৎ, মনা, নাতোন, ময়া, মকোক শুনা পানববু খঙবা থাঙ-তাগী মপোক নুমিৎ হৌফম খঙবা মীশক অদুবু হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল ওইরগনি।

**১১) লাংজৈ শিনতাকপুরেলঃ-** মথক্তা তাঙ্কক খুদিংগী থাঙ-তা তম্লগী কাংলোল মথং মথং খঙলক্লবা অমদি মীওইবনা পোক্লবদি হিংগনি, হিংবনা ঙাইরিবা লম্বীদি শিববুনি, মীওইবগী পুন্সি অদুবু চৎনবা মতম থিবদা থাঙ-তা অনিনা চাইনরগা থোরকপা ইৱাই ইনিলদ্গী নুংশিৎ থোরকএ, নুংশিৎতগী ইশিং থোরকএ, অনিনা চাইনরগা মৈ থোরকএ অহুন্না তিল্লগা তিলপী অমা থোরক্তুনা য়াইবী থৱাই অমা ওইরকখিববু মশক খঙবা মীশক্তুবু লাংজৈ শিনতাকপুরেলগী মতিক ময়াই লৈবা মীশক ওইনা লৌরগনি।

**১২) লুচিং কোকলেনঃ-** লুচিং কোকলেন হায়বদি লাইগী মশক ওইবা পুরেল অথোইবা চহী য়াম্না পুন্সিবা অমদি থাঙ-তাগী লমদা থোইদোক হেনদোক্না খঙ হৈরবা মশাগী চহি ৯০ শুরবা লোয়ননা থাং-তাগী লমদা চহী ৭০ চুপ্না খঙ হৈরবা মীশকপু লুচিং কোকলেন ওইগনি। মহাক্তী থৌৱাইগী মশক শকতমগী মতীক ময়াইবু ওইবনে।



# তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা লুচিং কোকলেন ফাওবগী মশক তাকপা

তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা লুচিং কোকলেন ফাওবদা লৈরিবা লিক্লম লিচৎ মঙা অসিবু মৈ, ঈশিং, লৈথক অমসুং লৈখা মঙামকপু খঙনৈ। হায়রিবা পলানদবী মঙা অসিগী মতিক ময়াই অসিদগী লৌরগা তাঙ্কক লৈকোইবা, অচি শিনতাকপুরেল, হিরী কোনবা শিনতাকপুরেল, লাংজৈ শিনতাকপুরেল অমদি লুচিং কোকলেন অথোইবা মঙামকপু খঙনৈ। অচি শিনতাকপুরেলদগীনা লাংজৈ পুরেল ফাওবদা লৈরিবা শিনতাকপুরেল অহুম অসিবুনা হো, রো, শো অমদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ লোয়ননা মঙাং, লুৱাং, খুমন, অহুমগী মতিক ময়াইবু খঙনৈ।

তাঙ্কক লৈকোইবা, অচি শিনতাকপুরেল, হিরীকোনবা শিনতাকপুরেল, লাংজৈ শিনতাকপুরেল অমদি লুচিং কোকলেন হায়রিবা মঙা অসিদি শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী থাং তাগী মহৈ অসিবু তম্লবা অমদি শিনতাকপা ওইরদুনা মহৈরোয়শিংবু চহি মঙাদগী তাদনা তাকপী তম্বীদুনা থাং-তাগী মহৈ অসিবু মকোক্তগীনা শিনতাকপা ফাওবগীদা লৈরিবা মহৈ পুম্নমকপু খঙবা, হৈবা, তম্বা য়াবা পুম্নমকপু তম্লবা মতুংদা তাঙ্কক লৈকোইবা ওইরকপনি।

## তাঙ্কক লৈকোইবা :

তাঙ্কক লৈকোইবগী থক্তা লৈরিবা শিনতাকপা অসিগী মতম অসিদদি থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিগী মনুংদা লৈরিবা থাং-তাগী কাংলোল, খোঙলোল, খুৎলোল অমদি থাংলোল, তারোল কয়াবু তাঙ্কক অমদা কোইনা থিদুনা তম্বগী মতম্ম ওইগনি। তাঙ্কক লৈকোইবগী মতম অসিদি থাং-তাগী ওইবা মহৈশিং অদুবু তম্লকপগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা মতম্ম ওইবনি। অসিগুম্লবা মীশক অসিনা তাঙ্কক লৈকোইবগী মতমদা থিগদৌরিবা অমদি তমগদৌরিবা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিদি, থাং-তাগী লৈরিবা কাংলোল মঙা : ১) লান থাং, ২) লৈতেং থাং, ৩) খৌশারোল, ৪) চাইন-তা অমদি ৫) থেঙ্গৌরোল হায়দনা লৈরিবা কাংলোল মঙা অসিগী মনুংদগী, মহাক মশানা হেন্না চান্নজবা কাংলোলশিং অদুদা অখন্নবা ওইনা অচি শিনতাকপুরেল ওইবা ঙম্লকনবা মরু হকলবা মহৈ কয়াশিংবু তমথগনি। অসিবু তাঙ্কক লৈকোইবা হায়না খঙনৈ।

থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু লৈবাক কোইনা মফম-মফম কয়াদা চৎতুনা থাং-তাগী ওইবা মরু হকলবা মহৈবু থিবা অমদি তম্না চৎপগী মতম্ম ওইবনা তাঙ্কক লৈকোইবগী খঙনা

খুদম অসিদি অদুঙৈ মলেম অসিগী লৈশেম তুশেমঙৈগী মতম অমদা তেংপানবা মপুগী খোঙনেৎ শা ওইনা মপুনা লৈশেম্ববু য়াওদুনা মালেমগী মফম খুদিংদা কোইনা পাইদুনা, মালেমগী মচি মচি খুদিংদা য়ৌবা ঙম্বা শামদোল অয়াংবা কৌবা মপুগী খোঙনেৎ শা অদুগী মতিক ময়াই অদুবু ওইগনি।

লৈকোইবা অসিগী খঙনা খুদম অসিদি শামদোল অয়াংবগী মশা পানবা শগোলগী শক্তম্না ওইগনি। তাঙ্কক লৈকোইবগী মতম অসিদা লৈরিবা মীশক অসিগী মশক তাকপা ফীজোলগী খঙনা খুদমদি কোইয়েৎ, খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎ লোয়ননা শগোল মশা পানবা শামদোল অয়াংবনা খঙনগনি। কোইয়েৎ মচু অঙৌবা মচুনা ওইগনি, খদাংচেৎ, খ্বাংচেৎ অমশুং কোইয়েৎকী মাংগী ময়াইদা হাপ্লিবা উরিকশেক্কী মচুদি অঙাংবা ওইগনি।

থাঙ-তাগী ওইবা মহৈদা অখন্নবা য়াম্না কন্না মাগী য়ৌফম থোকপা থাক্তা লৈরিবা থাঙ-তাগী কাংলোলশিং অদুবু য়ৌবা ঙম্নবা থীবা অমদি তম্বগী মশকপু ওইগনি, মরম অসিনা খদাংচেক, খ্বাংচেক অমশুং উরিকশেক্কী মচু অসি অঙাংবা মচু ওইবনি। কোকয়েৎ অঙৌবা ওইরিবগী মরমনা থাঙ-তাগী লমদা থাক অমদা খং-হৈরে হায়বা খংনগনি। অদুগা উরিকশেক থেৎলিবা অসিনা শিয়োমনুংদগীনা, শিনতাকপা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা য়েক তরেৎকী শক্তম্বু খঙনরিবা মহৈগী থাক অসিদগী লাম্ণোক্লনা অখন্নবা শিনতাকপুরেলশিংগী ওইবা থাক অমদা কাখৎলকলিবা অসিগী মশক থোকপা শক্তম্বু খঙনগনি। তাঙ্কক লৈকোইবা লিক্লমগী মতম্না চহী মঙাগী মনংদা ওইগনি।

## অচি শিনতাক পুরেলঃ

অচি হায়বদি অহানবা অমদি অরোইববু খঙনৈ। অচি অসিদি থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু অহানবদগীনা অরোইবা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা থাকপু খঙবা ওইগনি। অসিগুম্বা মরম খিবিক অসি লৈবনা মীশক অসীবু অচি শিনতাকপুরেল হায়না খঙনগনি। চহী কুনমঙাগী মতমদা মহৈ অসিদা খঙবা হৈরবা মীশক ওইগনি। করিগুম্বদা মহৈ অসিগী য়ৌফম থোকপা থাক অদুবু য়ৌনা তম্বা ঙমদ্রবদি অচি শিনতাকপুরেল ওইবা য়াদে।

অচি শিনতাকপুরেল অসিদি তাঙ্কক লৈকোইবগী মতমদা থাঙ-তাগী মহৈ অসিবু থিনজিনবা য়াবা থিরুরবা অমদি তম্বা য়াবা তমলুরবা মীশক ওইবনা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিগী মতিক ময়াই ফংবা হৌরকলবা মীশক ওইগনি। মীশক অসিদি হো, রো, শো অমদি মৈ, ঈশিং লোয়ননা মঙাং, লুৱাং, খুমনগী মতিক ময়াইগী মশকপু তানফঙলবা, হৌরকপগী অহানবা

মচিন ওইবা অদুবু খঙনৈ। মীশক অসিদি ইবুধৌ পাখংবা, লাইনিংথৌ সনামহি অমদি অতিয়া শিদবা মচিল মনাও অহুমগী মনুংদা ইবুধৌ পাখংবা কোন্জিন তুথোকপগী মতিক ময়াই অমদি শক্তম শকওংগী মতৌবু লৌগনি। অসিগুম্লবা মরম খিবিক অসিবু লৈবনা অচি শিনতাকপুরেল অসিগী য়েৎকদৌবা কোইয়েৎকী মচু অসিদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী মনুংদা মৈগী শক্তম্বু লৌদুনা মৈগী মচুদি মুঙাংনবা মচুগী কোইয়েৎ ওইগনি। খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎকী মচুদি লমদম অসিগী মৈহৌরোলদগী শাগোন্নদুনা লাক্লবা মুগা তিল মহুমদগী চিংদুনা শাবা ঙৌরুনবা মচুনা ওইগনি। অচি মরু শিদবগী পাফল ময়েক অসিনা খদাংচেৎ অমদি কোইয়েৎকী ময়াইগী অহাংবা অসিদা লৈবা শক্তম্না খঙনগনি। খদাংচেৎ, খ্বাংচেৎকী মুকা মচু ঙৌরুনবা ওইরিবা অসিগী ব্রাহ্মোক্তী থাং-তাগী মহৈদা খঙ-হৈরবা তাঙ্কক অমদা শিনতাকপুরেল ওইরকলদুনা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু মপুং ফাবা থাক অমদা থাং-তাগী অমদি লৈশেমলোলগী ওইবা নুং-পানগী লৈরিবা মতিক ময়াই কয়া অদুবু তানফংবগী শক্তম্বু খঙনগনি। খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎকী মতোন অনিদা লংলানা জুম-জুম তাগনি। লংলানা জুম-জুম তারিবা অসিগী ব্রাহ্মোক্তী থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু মশাগী য়ৌফম থোকপা থাক অমদা তম্লক্লতুনা অমুক অহেনবা থাক অমদা তম্লকপগী তাঙ্কক্তা মনিং তম্না থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু থিজিনবগী অমদি তমশিনবগী মওংবু খঙনগনি। কোইয়েৎকী মাংগী ময়াইদা উরিশেক থেৎকনি। থেৎলিবা উরিশেক অসিনা থাং-তাগী ওইবা মহৈদা মপুং ফানা তাঙ্কক অমদা খঙ-হৈরে হায়বা খঙনগনি। অচি শিনতাকপুরেল অসিগী শেৎকদৌবা ফি, ফৈজোম অমদি ফুরিৎতি মশা-মশাগী য়েক-শলাইগী মতুং ইন্না শেৎকনি।

অচি শিনতাকপুরেল অসিদি ইবুধৌ পাখংবগী মতিক ময়াই অমদি শক্তম মওংবু ওইবা মরম্না মীশক অসিগী খঙনা খুদম অসিদি অহানবা অমদি অরোইববু খঙনরিবা অচিগী মতিক ময়াইবু লৌগনি। মীশক অসিদি থাং-তাগী লমদা থোইদোক হেনদোক্না খঙবা হৈবা ওইবা মরম্না শিনতাকপুরেল অসিগী ওইবা লিক্লমগী খঙনা খুদম অসিদি অহানবা অমদি অরোইববু খঙনরিবা অচিগী শক্তম অসি ওইবনি। শিনতাকপুরেল অসিদি থাং-তাগী হিরমগা লোইননা লৈশেমলোল, লৈঙাকলোল, মীশেমলোল অমদি থেঙ্নৌরোলনচিংবা মরু হকলবা মহৈ কয়াদা খম থেংনা অয়ৌবী থাক অমদা তম্লবা মীশক ওইগনি। অসিগুম্লবা মরম খিবীক অসিবু লৈবনা শিনতাকপুরেল অসিবু অহানবা অমদি অরোইববু খঙনরিবা ইবুধৌ পাখংবগী মতিক ময়াইগী শক্তম্বু ওইবনি। অসিগুম্লবা অচি শিনতাকপুরেল অসিদি মীশক অদুগী মশাগী চহি নিফুমঙা শুরবা অদুগা চহি কুনমঙাগী মতমদা থিদুনা তমদুনা থাং-তাগী মহৈ অসিবু মপুং ফানা খঙলবা হৈরবা মীশক ওইগনি।

## হিরি কোনবা শিনতাকপুরেলঃ

অচি অসিগী মতুং তারকপদা অসুম লেপতনা মহৈরোইশিংগা লোইনদুনা অমদি মহাক মশাবুসু তম্বা য়াবা তম্লবা থিবা য়াবা থিরবা মতুংদা মশাগী চহি য়াংখে শুরবা চহি কুনথ্রা চুপ্পা তমদূনা খঙবা য়াবা, হৈবা য়াবা হৈরবা মীশক অদুনা হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল অসি ওইগনি। হিরি কোনবা হায়বদি মহৈ পন্নমকপু মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইবা ঙম্লনবা থাঙ-তাগী মহৈশিং অসিবু তাশিন খোমজিন্দুনা মাঙ্দনবা হোৎনবা অসিবু হিরি কোনবা হায়না খঙনৈ। হিরি কোনবা অসিদি ঈশিংগী মতিক ময়াই ফংলবা মীশক ওইগনি। মসিদি লাইনিংথৌ অশিবা সনামহিগী মতিক-মঙাল অমদি ময়াইদুবু খঙনগনি।

হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল অসিদি মীশক অদুনা মমাংগী অচি শিনতাকপুরেল ওইরিঙৈদা থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু থিবা য়াবা তম্বা য়াবা খঙবা য়াবা পুন্নমক্পু মপুং ফানা খঙলবা হৈরবনিনা লাংজৈ শিনতাক পুরেলগী থাক অদুবু য়ৌবা ঙম্লনবা হায়বদি থাঙ-তাগী মহৈ অসিগী খ্বাইদগী অহেনবা মতিক ময়াই অমদি মঙাল কয়া অদুবু তানবা ফংননবা হি-য়াইগী মশক ওইরিবা থাঙ-তাগী মহৈ অমদি মসিগী হৌরকফম লোইননা নৈশম-তুশেমঙৈগী, তাইবং মী হৌরকপগী. তাইবং মালেম্বু শেম্লকপগী পুন্নমকপু তাশিন-খোনজিল্লগা ইংনা-চিক্লা মফম অমা খঙনা লৈববু হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল হায়না খঙনগনি অমদি হিরি কোন্দুনা লৈববুনি। মসিগী মতিক ময়াইদি হো. রো. শোবু খঙলবা অমদি মৈ. ঈশিং. নুংশিৎ অমদি মঙাং, লুৱাং, খুমনগী মনুংদগী য়াম্না ইং তপ্লবা তেংপানবা মপুগী মশাগী মশা ওইবা লাইনিংথৌ অসিবা সনামহিগী মতিক ময়াইগী শক্তম্বু ওইরিবা ঈশিংগী মতিক ময়াই অমদি মঙালগী শক্তম শকওংবু ওইগনি। মীশক অসিদি অইংবা অশেংবা ঈশিংগী মশক ওইবা থাঙ-তাগী মহৈ অসিগী মতিক মঙাল অমদি ময়াইবু উজরক্লবা অমদি তানফংজরক্লবগী মওং মতৌবু লৌগনি।

হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল অসিগী কোইয়েৎকী খঙনা খুদমগী মচু অসিদি লাইনিংথৌ সনামহিগী মশক শক্তম্বু ওইরিবা ঈশিংগী মচুদি অমুবনে হাইনা লৈরিবা শক্তম অমদি মওং মতৌ লোইননা মচুবু লৌদুনা অমুবা মচুনা ওইগনি। খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎকী মচু অসিনা অশেংবা মুগা লংনা শাবা ঙৌরুনবা মচুনা ওইগনি। খদাংচেৎ খ্বাংচেৎকী মতোন মতোন অনিদা লংনা জুম-জুম তাগনি। মসিগী ৱাহম্নোক্তি থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু তাঙ্কক অমদা মপুং মরৈ ফানা তম্লকপা অদুবু খঙনগনি। অদুগা কোইয়েৎকী মমাংগী ময়াইদা উরেকশেক অঙৌবা থেৎকনি। কোইয়েৎকী মনুংগী অহাংবা শরুক্তা ঈশিং পুল অমা থম্বা য়েক্লগা পুল অদুগী ময়াইদা থাঙ-তাগী খঙনা খুদম অদু য়েক্কনি। পুল অথনবা অসিনা

মহিরেল শিদবা ইপাগী শক্তম্মু ওইবনি। ঈশিং পুল অথনবা য়েক্লিবা খঙনা খুদম থেৎপা অমদি কোইয়েৎকী মচু অমুবা ওইরিবা অসিবু হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল হাইনা খঙনৈ। অসিগুম্লবা মীশক অসিদি মচিন-মনাও অহুমগী মনুংদা য়াইমবা লাইনিংথৌ সনামহিগী মতিক ময়াইবু তানফংলবা মীশক ওইগনি।

## লাংজৈ শিনতাকপুরেলঃ

থাঙ-তাগী ওইবা মহৈ অসিগী লৈরিবা পুন্নমকপু হিরি কোনশিল্লবা মতুংদা অমুক মীশক অদুগী মশাগী চহিনা হুম্ফু শুরবা অদুগা চহি নিফু চুপ্পা খঙবা হৈবগী থাক্তা লৈরবা মীশক অদুনা লাংজৈ শিনতাকপুরেল ওইগনি। লাংজৈ শিনতাকপুরেল অসিদি নুশিৎকী মতিক ময়াইবু খঙনগনি, মীশক অসি অতিয়া শিদবগী শকওং-শক্তম্মু খঙনগনি। লাংজৈ পুরেল হায়না খঙনবদি লাংজৈ হায়বদি অহুমশুববু খঙনৈ। অদুগা পুরেল হায়বনা মথক থংবা অথোইববু খঙনৈ। অসিগুম্লবা মীশক অসিদি মহাক্লা শান্নরিবা হোৎনরিবা মহৈগী লম্বেল অদুদা অয়ৌবী থাক্তা খম থেংনা খঙলবা হৈরবা মীশক ওইগনি। অশুম্না থাঙ-তাগী মশান্না অসিদা খম থেংনা খঙলবা হৈরবা মীশকপু লাংজৈ শিনতাকপুরেল হায়না খঙনৈ।

লাংজৈ শিনতাকপুরেল অথোইবা মীশক অদুগী মতিক ময়াই অসিদি হো, রো, শোগী রাহস্লোকপু মুন্না খঙলবা হায়বদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অমদি মঙাং, লুৱাং, খুমনগী মতিক ময়াই অমদি মঙালবু খংজা উজরবা অমদি তানফংলবা মীশক ওইগনি। থাঙ তাগী মহৈ অসিদা মতিক চানা খঙবা হৈরবা অমদি মীওইবনা পোকপা, হিংবা অমদি শিবগী পরম্মু মুন্না খঙলবা, থাঙ-তাগী হৌফম অমসুং হৌরকফম্মু খঙলবা, লোইননা ইমা ইপা, ইচিন-ইনাও, ইচে-ইচল, ইরুপ-ইপাং, অমদি থক-খাগী ওইবা চৎন-লোনচৎ য়ুম্বাল-কৈপাল্লোনবু মুন্না খঙলবা হৈরবা, পুন্নমকপু উরবা মীশক অদুবু লাংজৈ পুরেল হাইনা খঙনৈ।

লাংজৈ পুরেলনা য়েৎকদৌবা কোইয়েৎকী মচুগী খঙনা খুদমদি অশংবা মচুগী কোইয়েৎনা ওইগনি। খদাংচেৎ অমদি খাংচেৎকী মচুনা মুগাগী অশেংবনা শাবা, মতোন অনিদা লংলোনা জুম-জুম তাগনি মসিগী রাহস্লোক্তী থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু তাঙ্কক অমদা মনিং তম্না য়াম্না মপুং মরৈ ফানা তম্লক্লবা অদুবু খঙনগনি। লাংজৈ পুরেলগী কোইয়েৎকী খঙনা খুদমগী মচু অশংবা ওইরিবা অসিগী রাহস্লোক্তী নুংশিৎকী শক্তম্মু লৌবনি হায়বদি অতিয়াশিদবগী মতিক ময়াই মঙাল অমদি মগুনবু লৌগনি। অসিগুম্লবা মরম থিবিক অসিবু লৈবনা লাংজৈ শিনতাকপুরেলগী খঙনা খুদমগী মচু অসি নুংশিৎকী মচুদি অশংবনে হাইনা লৈরিবা অসিগী মচুবু লৌদুনা অশংবা মচুনা ওইগনি। মীশক অদুদি মঙাং, লুৱাং, খুমন, অমদি মৈ, ঈশিং,

নুংশিৎ, অহুম্মক্কী মতিক ময়াই অমদি মঙালবু খংজ উজরবা - তানফংজরবা মীশক ওইগনি। অসিগুম্বা মরম খিবিক অসি লৈবনা মীশক অসিগী খঙনা খুদম্বু ওইরিবা কোইয়েৎকী মতোন অমদি মনিংদা হাপ্লিবা লালবুম অসিদা মঙাং, লুৱাং, খুমনগী মচু অহুম অসিবু লাংদুনা হাপ্পসু য়াই। অদুগা লোইননা খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎকী মতোন-মতোনগী জুম-জুম তারিবা অসিগী খিৎতং চৎখৎলগা হাপ্পসু য়াই। মীশক অসিবু হো, রো, শোগী মনুংদা শোগী মশকপু ওইগনি। শো হায়বদি অতিয়া শিদবব্ খঙনৈ।

## পুরেল (লুচিং কোকলেল):

পুরেল অসিদি থাং-তাগী ওইবা মহৈগী লিক্লম অসিদা মপুং ফানা খঙলবা হৈরবা অদুগা পুরেল অসিগী মশাগী চহিনা ৯০ শুরবা অদুগা চহি ৭০ গী মতমদগী তাদনা থাং নত্রগা তাগী ওইবা মহৈ অসিবু খঙলবা হৈরবা পুন্সিগী মাংগী লম্বেলনা তেল্লবা অদুগা তুংগী লম্বেলবুনা শাংলক্লবা মীশক অদুবু ওইগনি। মীশক অসিগী শক্তমগী খঙনা খুদমগী মশকপু ওইরিবা ফিজোলদি ইচম চম্বা অঙৌবা মচুনা ওইগনি। লুচিং কোকলেন ওইবা অসিদি তাইবঙগী লৈরিবা থৱাই পানবা অচৎ চৎতা পুন্নমক্কী পুকনিং ৱাখল ইচেল অমদি থম্মোইগী ওইবা ইহুল পুন্নমক্পু মতম পুন্নমক্তা শাদোং ওইনা থৌদুনা লৈরিবা থৱাইগী মশক ওইবা তাইবঙনা হে! লোইনবা হাইনা খংনরিবা থৱাইগী ওইবা মপু মাগী মতিক ময়াইশিংবু খঙনৈ। মরম অদুনা পুরেল অসিদি থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিদা তাইবঙ পানবা মপুগী মতিক ময়াই মঙালবু ফংজরবা অমদি উজরবা মীশক্লি হায়না লৌগনি।



# শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী খ্বাংলাক্কী ৱাহন্থোক

শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী মনুংগী লৈরিবা মহৈরোইশিং অসিগী মহৈগী লিকলমগী ওইবা থাক অসিগী শক্তম খংনা খুদম অসি লমদম অসিগী য়েল্হৌঙৌদগী লৈশেম তুশেমঙৌদগী হৌনা লৈজরক্লবা, য়াম্না অঙনবা মতম অমদা খংনরম্বা, খুমন, মঙাং, লুৱাংগী ওইবা মতমগী ওইবা মচু অহুম অসিনা মহৈরোইশিংগী খ্বাংলাক ওইনা লাকতুনা পুন্নগনি। লোইননা মহৈরোইশিং অসিগী লিকলমগী ওইবা থাক্কী খ্বাংয়েৎ অসিবুনা ইয়েক তরেৎ কী ওইবা অমদি পলেম ইমা তরেৎ কী লৈরিবা মচু তরেৎকী ফিরাল ওইনা খঙনরিবা অসিবুনা খ্বাংলাক্কী মতাই অনিদা নপলগা লাংদুনা হাপ্পনা খংনৈ।

শিয়োমনুংদগীনা শিনতম্বা ফাওবগী লৈরিবা চহি অহুম শুবা মহৈরোইগী লিকলমশিংগী ওইবা থাক অসি ফাওবদি খ্বাংলাক্কী মতাইদা ফিরালগী মচুশিং মপান থোক্ল নপলোই। মহৈরোইশিং অদুগী ৱাখলনা নুংলোন্দা ওইনা লৈগনি। শিয়োমনুং, হৈনা চৎপা, শিনতম্বগী মশা মশাগী মশক অমম্ম ওইনা লৈজরিবা অমুবা, মুঙাংনবা, অঙৌবগী লৈরিবা মশা মশাগী মচু অসি খক্তং ওইনা পুনগনি। চহি মরিশুবা থাক্তগী লৈরিবা থৌপুবা, লৈকোইবা, হিরিকোনবা, শিনতাকপা কৌনা লৈরিব মহৈরোইশিংগী লিকলম মরি অসিগী ওইনদি খ্বাংলাক্কী মতাই অনিদা মচু তরেৎকী ফিরালগী লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মচুশিং অসিনা মাগী মাগী লিকলমগী মহৈগী থাক অদুগী মতুং ইন্না পানথোক্না নপতুনা হাপলগনি। খ্বাংলাক্কী মতাইদা নপকদৌরিবা মচু অসি ফিরালগী মচু মখারোমদগী থিগৎলকপদগী ফিরালগী মচু মরি শুবগী লৈরিবা লফু লৈয়োল মচুদগী হৌনা থৌপুবগী খ্বাংলাক্কী মতাইদা নপ্পুনা হাপ্পা হৌরগনি।

ফিরালগী খ্বাইদগী মখাদগী থিগৎলকপনা মথক্কী অহুমশুবগী লৈরিবা ফিরালগী মচুগী থাক অসিফাওবনি। মথক্কী অহানবগী শিয়োমনুংদগীনা শিনতম্বফাওবগী খ্বাংলাক্কী মতাই অনিদা নুংলোন্দা ওইনা নপলগা লৈবনি হাইনা খংনগনি। মহৈরোইশিং অসিগী খ্বাংলাক্কী অশাংবনা মহৈরোই অদুগী মশাগী লম অমগী শাংবা ওইগনি। অদুগা খ্বাংলাক্কী অপাকপা অসিনা মহৈরোই অদুগী মশাগী খুদোন তরেৎ পাকপানা ওইনগনি। খ্বাংলাক্কী অশাংবা অমদি অপাকপগী ৱাহন্থোক অসিনা পলেম ইমাগী মতিক ময়াই অমদি মশক শকতম অদু ওইনা লৌগনি।

মহৈরোইশিংনা শান্নবা মতমদা খ্বাংলাক লাক্লুনা পুল্লিবা অসিগী ৱাহন্থোক অসিবুনা, ঙসি তাইবং মীওইবগী লিকলম লিচৎ শাজৎকী ওইবা কাংলোন কয়ামরুমগী মনুংদা মশক অনি থোক্লা লৈ, খুদম ওইনা; অফবা অমদি ফত্তবা হাইনা লৈরমলিবা অসিগী মনুংদগী অফবগী

পংখৈবু লাম্ষোক্তুনা ফত্তবগী পংখেলোমদা চৎখিদনবা পলেম ইমা ওইবীনা মচাশিংবু কদাইদা করি শোইখিগদগে থন্না চেৎনা চেকশিন্না নাওয়োক নাওকোনবিবগী মশক শকতম অদুবু ওইনা লৌগনি।

## শিয়োমনুং লিকলমগী ওইবা খংনা খুদমগী খ্বাংলাক

শিয়োমনুংগী অহানবা থাক অসিদি অঙাংগী নাওৱানা পলেম ইমাগী পীবুকুংদা লৈরিঙৈগী অমম্বগী মশকপু ওইরিঙৈগী মতম্বু খংনৈ। অঙাংগী নাওৱানা তাইবংপালবু ফাওদ্রিঙৈগী মতমদা পলেম ইমাগী পীবুকুংদা অমম্বা কয়াৎনুংদা লৈরিঙৈগী তাইবংগী অঙানবা মশকপু উবা ফংদিবা অমম্বগী ইপাক্তা তাওদুনা লৈরিঙৈ মওংগী ওইবা শক্তম অদুবু ওইনা লৌনগনি। মরম অসিনা অসিগুম্লবা মহৈরোই অসিদি থাং-তাগী লিলক্রমদা করিগুম্বা মখলগী কাংলোল অমত্তা উদ্রিবা, খংদ্রিবা, হৈত্রিবা, মহৈরোই ওইনা খংনৈ। মরম অসিনা শিয়োমনুংগী লিকলমগী ওইবা খংনা খুদমগী মশক ওইবা খ্বাংলাক অসিদি অমুবা মচুগী খ্বাংলাক লাক্তুনা পুনগনি।

নুংলোন্দনা য়েক তরেৎকী লৈরিবা ফিরালগী খ্বাইদগী মখা থঙবদা লৈরিবা শরাং লৈশাংথেমগী, হিগোক মচুগী ফিরাল অসিনা শিয়োমনুংগী অমুবা মচুগী খ্বাংলাক্কী মতাইদা হাপতুনা লৈবনি হাইনা ৱাখন্না লৌনগনি। হিগোক মচুগী ফিরাল অসিনা খ্বাংলাক্কী মতাং অনিদা পান থোক্লদি নপলোই। মশিবু নুংলোনগী ওইনা লৈবা ৱাহম্ষোক ওইনা লৌগনি। অসিগুম্লবা অমুবা মচুগী খ্বাংলাক লাক্তুনা পুল্লিবা মহৈরোইশিংগী লিকলমগী খংনা খুদম অসিবু শিয়োমনুংগী লিকলমগী ওইবা খংনা খুদমগী খ্বাংলাক কৌই।

## হৈনা চৎপা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক

হৈনা চৎপা অনিশুবা চহি অসিগী লৈরিবা লিকলমগী ওইবা থাক অসিদি, অঙাংগী নাওৱানা পলেম ইমাগী পিবুকুংদগী তাইবংপানববু ফাওরক্লবা হাইবদি মপাল থোরক্লবা মতুংদা, লৈরিবা তাইবংগী অঙানবা শরুকপু খংনৈ। মসিদি অঙাংগী নৱানা অঙানবা শরুকপু খঙজ উজবা খর মখৈবু তানফংলবা ওইনা খংনৈ। মতুংদা পলেম ইমা ওইবিনা অঙাংগী নাওৱাবু চৎপা হৈন্নবা হাইদুনা নাওৱাগী খুৎপু পাইদুনা হাইনা চৎপা তম্বীবা অদুবু খংনৈ। মরম অসি লৈবনা অঙাংগী নাওৱানা তাইবংগী অঙানবা শরুক মখৈবু অমম্বা ইপাক অমদা তাওদুনা লৈরম্বদগী খর খর খংজ উজরদুনা ঙাম্ষোরকপগী, অমম অঙানগী মতমবু শিন্নরক্তুনা অঙানবা

তাইবংবু থর উজবা হাইবদি তানফংজবগী মশক শক্তম অদুবু থংনৈ। মরম অসিনা অনিশুবা চহীগী মহৈরোইগী লৈরিবা হৈনা চৎপগী ওইবা লিক্লমগী লাক্তুনা পুনগদৌরিবা খ্বাংলাক্কী মচু অসিদি অয়ুক্কী অমম অঙান শিন্নরকলবা মতমগী মতাংগী ওইবা মতম্মু চংশিল্লক্লিবা হাইবদি মুঙাংনবা মচুগী খ্বাংলাক্লা লাক্তুনা পুনগনি।

হৈনা চৎপগী লাক্তুনা পুল্লিবা মুঙাংনবা খ্বাংলাক অসিগী মতাই অনীদা ফিরালগী মখা ইথং থংবা হিগোক মচু অসিগা লোইননা মসিগা হেক থংননা লৈরিবা খা-ঙান্বগী মচু অশংবা অসিগা পুন্না হৈনা চৎপগী খ্বাংলাক্কী মতাইদা ৱাখন্না নুংলোন্দা ওইনা লৈগনি। পান থোক্লদি খ্বাংলাক্কী মতাই অনিদা নপতুনা হাপলোই। অসিগুম্না অনিশুবা চহিগী লিক্লমগী ওইনা থংনরিবা মহৈরোইশিংগী খ্বাংলাক্কী মচু অসি মুঙাংনবা মচুনা ইচম চম্না লাকতুনা পুল্লিবা অসিবু হৈনা চৎপগী লিক্লমগী খ্বাংলাক কৌই।

## শিনতম্বা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক

শিনতম্বা অহুমশুবা চহি অসিগী লিকলম অসিদি শা-লানগী ওইবা মহৈ পুন্নমকপুশু থংলক্লবা অমদি থংননবা থিরক্লবনিনা শিনতম্বা মহৈরোইগী ওইবা লিক্লম অসি ওইগনি। তাইবং পানবগী লৈরিবা অঙানবা শরুক্কী ওইবা শক্তম অদুবু থংনৈ। মরম অসিনা শিনতম্বগী ওইবা লিক্লম অসিগী থংননবগী খ্বাংলাক্কী মচু অসিদি লুৱাংগী ওইবা অঙৌবা মচুগী খ্বাংলাক্লা লাক্তুনা পুনগনি।

শিনতম্বা লিকলমগী অহুমশুবা চহিগী লাক্তুনা পুল্লিবা অঙৌবা মচুগী খ্বাংলাক অসিগী মতাই অনীদা ফিরালগী মখাদ্কী থিগৎলকপনা মচু অহুম শুবগী লৈরিবা মোইরাং শলাইগী ওইবা সনা মচু অসিনা মচিন্দা থংলগা ফিরালগী মখাগী মচু অনি অসিনা মনুং থংনা ফিরালগী মতৌগুম্না মমাংগী মহৈরোইগী লিক্ললমগুম্না ৱাখন্না নুংলোন্দা ওইনা থমগনি। অসিগুম্লবা অহুমশুবা চহিগী শিন্তম্বগী ওইবা মহৈরোইগী লিকলম অসিবু লুৱাং মতম্মু পুরিবা নুংথিলগী ওইবা অঙৌবা মচুগী ফিরাল অদুবু থংনৈ। অসিগুম্লবা অহুমশুবা চহিগী ওইবা মহৈরোইগী অঙৌবা মচুনা লাকতুনা ইচম চম্না পানথোক্লা লাংবা য়াওদনা পুল্লীবা খ্বাংলাক অসিবু শিনতম্বা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক কৌই।

## থৌপুবা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক

থৌপুবগী চহী মরি শুবা লিকলমগী লৈরিবা থাক অসিদি থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিবু তম্বা য়াবা খরা তমলকলবনিনা, মহাক মশাবুশু তমনা তমনা শিনতাকপা অমগী মখাদা অনৌবা মহৈরোইশিংবু তাকপি তম্বীবা ঙম্লগনি অমদি মমাংগী শিনতম্বগী লৈরিবা থাক অসিগুম্বনা শা-লানগী ওইবা মহৈবু মপুং ফানবা অমদি খংনা হৈননবা থীবগী মতম্মু খংনৈ। শা-লানগী ওইবা মহৈ মশিং কয়া মরুম লৈরিবা অসিবু থৌপুবা অসিগী মখাদা লাকপা শিনতম্বা লিকলম ফাওবগী ওইবা থাক্তা লৈবা মহৈরোইশিংবু তাকপি তম্বীবা ঙম্বা ওইগনি। অশুম্না মহৈরোইশিংবু তাকপি তম্বীবা ঙম্বগী মতম অমশু ওইরকলবা মরম্না থৌপুবা অসিগী লিকলমগী খ্বাংলাক অসি শা-লালগী ওইবা মচু অদুবু লৌদুনা অঙাংবা মচুনা লাকতুনা পুনগনি।

পুল্লিবা খ্বাংলাক্কী মতোল অনিদা শরাং লৈশাংথেম, খা-ঙানবা অমদি মোইরাংগী ফিরালগী মখারোমদগী থিরকলগা লৈরিবা মচু অশুম অসিবুনা পানদদি থোক্তনা নুংলোন্দা ওইনা লৈগনি। মরিশুবা লিক্লমগী লৈরিবা অঙোমগী মচুদি লফু লৈয়োন মচু হাইনা খংনরিবা ফিরালগী মচু অসিনা থৌপুবা লীক্লমগী পুল্লিবা, অঙাংবা মচুগী খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা মীশক অদুগী খুৎতোন মঙা মঙা পাক্লা লাংদুনা হাপলগনি। খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা খুৎতোন মঙা পাক্লা লাংদুনা হাপলিবা অসিবুনা মঙা হাইবদি পলান্দবিগী মতিক ময়াই অদুবু লৌবনি।

অশুম্না অঙাংবা খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা লফু লৈয়োনগী মচুনা খুৎতোন মঙা পাক্লা লাংদুনা হাপলিবা লিক্লমগী খ্বাংলাক লাকতুনা পুল্লিবা মহৈরোই অসিবু থৌপুব লিক্লমগী থাক্তা লৈরিবা মহৈরোইনি হায়বা খংনৈ। অসিবু থৌপুবা লিক্লমগী খ্বাংলাক হায়না কৌই।

## লৈকোইবা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক

লৈকোইবগী লৈরিবা চহি মঙাশুবা লিক্লমগী থাক অসিদি থৌপুবা লিক্লমগী মতম ফাওবদা শা-লালগী ওইবা মহৈ মশিং কয়া নিংথিজনা তম্বা য়াবা তম্লুরবা মতুং অসিদা করি করম্বা মখা অমুক তমনিংঙাই লৈরিবগে হাইনা থাং-তাগী মহৈশিংবু কোইনা থিবা চৎপগী মতম অদুবু লৈকোইবা কৌই,. অশুম্না শা-লালগী ওইবা মহৈ মশিং কয়ামরুম্মু মপুং ফান্নবা তম্বা অমদি থিবগী মতম অদুবু ওইবা মরম্না লৈকোইবা কৌই। লৈকোইবা লিকলমগী পুনগদবা খ্বাংলাক্কী মচু অসি শা-লালগী ওইবা অঙাংবা মচুনা লাকতুনা পুনগনি। পুল্লিবা খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা শরাং লৈশাংথেম, খা-ঙান্না অমদি মোইরাংগী ফিরালগী মচু অহুম অসিবুনা পানদি থোক্তনা নুংলোনদা ওইনা লৈগনি।

মমাংগী অঙোমগী মচুগী ফিরাল অসিনা মতোন থংলগা ফিরালগী মখাদগী থিগৎলকপদা মঙা শুবগী খুমনগী অমুবা মচু অসিগী ফিরাল অসিবুনা থংননা মথক্তা অমুক লাংদুনা হাপকনি। অসিগুম্লবা খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা লাংলিবা অসি মহৈরোই অদুগী খুৎতোন অহুম অহুমগী চাংদা পাকনা লাংগনি। খুৎতোন অহুম অহুম পাকনা লাংলিবা অসিগী ওইবা ব্রাহম্ভোক অসিবুনা, অহুম হায়বদি মঙাং লুব্রাং খুমন অমদি মৈ ইশিং নুংশিৎ অহুমগী ওইনা খংনরিবা মতিকময়াইশিং অদুবু খংনৈ। অশুম্না লৈকোইবগী অঙাংবা মচুগী ফিরাল মচুবু খংনরিবা লফু লৈয়োন মচু অমদি অমুবা মচুনা খ্বাংলাক্কী মতোন্দা খুৎতোন অহুম পাক্তা লাংলিবা খ্বাংলাক অসিবু লাক্তুনা পুল্লিবা মহৈরোই অসিবূ লৈকোইবা লিক্লমগী থাক্তা লৈরিবা মহৈরোইনি হাইনা খংনৈ।

## হিরিকোন্বা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক

হিরি কোন্বা তরুকশুবা লিক্লমগী ওইবা চহিগী লৈরিবা মহৈগী থাক অসিদি থাং-তাগী মহৈ অসিবু য়াম্না মপুং ফানা তাংকক অমদা তমলক্লবা মহৈরোই ওইগনি। লোইননা মখা তাবা মহৈরোইশিংবু নিংথিনা লোইনবিবা অমদি তাকপি তম্বিবা ঙম্লক্লবা মহৈরোই অমশু ওইগনি। অশুম্না মহৈরোইশিংবূ তাকপি তম্বিবা ঙম্লক্লবনিনা অমুক্তা হেন্না য়াম্না মপুং ফানা শিনতাকপা ঙমননবা থাং তাগী মহৈ অসিবু চেকশিন্না থিজিন্বা-তাশিনবা অমদি খোমজিনবগী য়াম্না অকনবা মতম অমশু ওই। মশিবূ হিরি কোন্বা লিক্লমগী থাক্তা লৈবা মহৈরোইনি খংনৈ। হিরি কোন্বা লিক্লমগী খ্বাংলাক্কী মচু অসিদি শা-লালগী ওইবা মহৈগী ওইনা খংনরিবা অঙাংবা মচুগী খ্বাংলাক্লা লাক্তুনা পুন্বা অসিনা ওইগনি। অদুনা খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা মখাদগী থিগৎলকলগা মচু অহুম থংননা লৈরিবাঃ শরাং লৈশাংথেম, খা-ঙানবা অমশুং মোইরাংগী ফিরালগী ওইবা মচু অহুম অসিনা খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা, পান্দি থোক্তুনা ব্রাখন্না নুংলোন্দা ওইনা লৈগনি। মখারোমদগী থিগৎলগা মরিশুবদা লৈরিবা অঙোম, খুমন, লুব্রাংগী মচু অহুম অসিনা মহৈরোই অসিগী মশাগী খুৎতোন অনি অনিগী চাংদা পাক্লা লাংদুনা হাপকনি। অশুম্না খূৎতোন অনিগী চাং পাক্লা লাংদুনা হাপ্লিবা অসিগী ব্রাহম্ভোক অসিদি পলেম পম্বৌ অনিগী ওইবা শক্তমনা ওইগা য়েৎকা লৈবগী মশক শক্তমবু ওইনা খংনৈ। অসিগুম্লবা হিরিকোন্বা লিক্লমগী মহৈরোই অসিগী মহৈগী লিক্লমগী ওইবা থাক অসিদি ফিরালগী লৈরিবা মখাদগী থিরগা মচু তরুক্কী ফিরালগী মচুগী মতিক ময়াইবু তানফংজরক্লবা মহৈরোইনি হাইনা নুংলোনগী ওইবদা খংনৈ। অসিগুম্লবা মচু অহুমগী ফিরালনা লাংদুনা হাপলিবা অঙাংবা মচুগী খ্বাংলাক্লা লাকতুনা পুল্লিবা মহৈরোই অসিবূ হিরিকোনবা লিক্লমগী ওইবা খ্বাংলাক কৌই।

# শিন্তাকপা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক

শিন্তাকপা লিক্লম য়ৌরক্লবা মহৈরোইগী ওইবা থাক অসিদি থাং-তাগী লৈবা মহৈগী ওইবা কাংলোল কয়ামরুম্ব অখন্নবা থাক অমদা য়াম্না মপুং ফানা তন্নকলবা মহৈরোই ওইগনি। লোইননা মহৈরোইশিংবু য়াম্না মপুং ফানা তাকপী তম্বিবা য়াবা ঙম্বগী তাংকক অমদা লৈরগনি। মরম অসিনা অসিগুম্লবা শিন্তাকপা লিক্লমগী তাংকক অসিদা লৈরিবা মহৈরোই অসিবু শিনতাকপাগী লিক্লম কৌই। শিন্তাকপগী লিক্লম অসিদি শা-লালগী অমদি থৌনিরোলগী লোইননা লৈতেংগী লৈরিবা মহৈগী কাংলোন কয়ামরুম্ব লিক্লমগী য়ৌফম থোকপা, খংফম থোকপা অমদি হৈফম থোকপগী থাক য়ৌনা য়াম্না মপুং ফনা নিংথিজনা খংজ উজরক্লবা মহৈরোই ওইগনী। মরম অসিনা মহৈরোইশিংবু থাক অমদা মতোন লোম্না তানফংজরবা মহৈরোইনি হাইনা খংনৈ।

শিন্তাকপা অসিগী লিক্লমগী ওইবা খ্বাংলাক অসিদি অঙৌবা মচুগী খ্বাংলাক্লা লাক্তুনা পুনগনি। অদুগা খ্বাংলাক্কী মতোন অনিদা য়েক তরেৎকী লৈরিবা মচু তরেৎকী ফিরাল অসিবু, মচু অমমম্না মহৈরোই অদুগী মশাগী খুৎতোন অমম্ম পাক্লা লাংলগা পুন্না মচু তরেৎকী খুৎতোন তরেৎ তরেৎ পাক্লা লাংদ্না নপ্তুনা হাপকনি। অমমম্না খুৎতোন তরেৎ পাক্লা লাংদুনা হাপ্লিবা অসিগী ৱাহম্বোক্লা লমদম অসিগী লৈরিবা য়েক তরেৎ, ইমা তরেৎ অমদি নুমিৎ তরেৎ লোইননা ঈগী ওইবা মখল তরেৎকী মতিক ময়াইবু খংনৈ।

শিন্তাকপগী অঙৌবা খ্বাংলাক্লা লাক্তুনা পুল্লিবা অসিগী ওইবা ৱাহঙ্গোকতি। থাং-তগী ওইবা মহৈগী কাংলোনশিংবু শিন্তাকপা ঙম্বগী য়াম্না মপুং ফাবা লিক্লম ফাওবা য়ৌনা থমথেংনা তন্নক্লে হাইবা অদুবু খংনৈ।

অসিগুম্লবা শিন্তাকপা লিক্লমগী মহৈরোই ওইরিবা অসিদি, ফিরালগী লৈরিবা মচুশিংবু মখারোমদগী থিগৎলকপনা খ্বাইদগী মতোন লোম্না লৈরিবা। য়াম্না অৱাংবা থাক্কী শা-লালগী ওইবা মচু অমা ওইরিবা অঙাংবা মচু অসিবু তানফংলবা মীশক্লি খংনৈ। শিন্তাকপাগী লিক্লম অসিদি তাঙ্কক অমগী থাং-তাগী লৈরিবা কাংলোলশিংবু করিগুম্বা থাক অমা য়ৌনা মফম খংনা মতোন লোমলে হাইবশু খংনৈ।

শিন্তাকপা লিক্লমগী তাংকক অসিবু মপুং ফানা তম্বা লোইরবা মহৈরোই অমা ওইরবদি তোঙাম্না শিন্তমশং নাইনা লৈবা য়াবগী তাংকক অমা ওইনা লৈরগনি। মরম অসিনা অসিগুম্লবা শিন্কাকপা ওইরক্লবা মহৈরোই অসিদি ফিরালগী লৈরিবা মচু তরেৎমকপু মতোন য়ৌনা তানফংলবা লিক্লমগী মহৈরোই অমা ওইরে হাইবা খংনৈ।



শিয়োমনুং লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



হৈনা চৎপা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



শিনতম্বা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



থৌপুবা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



লৈকোইবা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



হিরিকোন্না লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



শিন্তাকপা লিকলমগী ওইবা খ্বাংলাক



তাঙ্কক লৈকোইবা শিন্তাক পুরেলগী ওইবা খ্বাংলাক (অঙাংবা মচু)



শিন্তাক পুরেলশিংগী ওইবা খ্বাংলাক (অঙৌবা মচু)



শিন্তাক পুরেলশিংগী ওইবা খদাংচেৎ (অঙৌবা মচু)



তাঙ্কক লৈকোইবা শিন্তাক পুরেলগী ওইবা খদাংচেৎ (অঙাংবা মচু)

# তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা পুরেল ফাওবগী থাং-তাগী খঙনা খুদমগী মশক তাকপা

মালেম অসিদা য়েলহৌঙেদগী পাথাং-পুথাংকোক্তগী হৌনা লমদম অসিগী ঈশিং নুংশিৎকা শাগোন্নজদুনা লৈজরক্লিবা থাং-তাগী ওইবা মহৈশিং অসিগী মনুংদা মুক্লা অমদি শরিৎ শরাক্কী ওইবা তোঙান-তোঙানবা খোঙলোল, খুৎলোল, খোঙহাই, খুৎহাইশিং অসিনা লমদম অসিদা লৈজরল্লিবা থাং-তাগী কাংলোল কয়াশিং অসিগী মনুংদা অদুমক তোৎনা-তিন্নদুনা অমদি শাগোন্নজদুনা লৈজরক্লবা থাং-তাগী থৱাইগী মশক অমা ওইনা অদুম লৈজখ্রগা, ইতোপ তোপ্পা থাং-তাগী তোঙান তোঙানবা মহৈগী লম্বেল অসিদা লিক্লম মঙা থোক্লা লৈজরম্মী। মুক্লা শরিৎ-শরাক হায়রিবা তোপ-তোপ্পা লৈরিবা খুৎলোল, খোঙলোলগী ওইবা অদুগা থাং-তাগী ওইবা মহৈশিং অসিগদী অদুমক শাগোন্নদুনা লৈজরিবা মহৈগী লিক্লম অনি অসিগা থানা অমুক তরেৎ থোক্লা য়াম্না ময়েক শেংনা লাইগী মশক ওইখ্রবা ইপু-ইপা কয়াশিং অদুনা মশা খায়না য়াৎথোক্নুনা থম্মীরম্লবনি। অসিগুম্লবা থাং-তাগী মহৈগী ওইবা লিক্লম অসি তরেৎ থোক্লা লৈরিবা অসিদগী লিক্লম মঙাদা পুনশিল্লক্কনি। লিক্লম মঙা অসিদগী লিক্লম মরিদা পুনশিল্লক্কনি। লিক্লম মরিদগী লিক্লম অহুমদা পুনশিল্লক্কনি। লিক্লম অহুমদগী লিক্লম অনিদা পুনশিল্লক্কনি। লিক্লম অনি অসিদগী ইরোই লোইবদা লিক্লম অমদা থাং-তাগী লিক্লম পুন্নমকপু শুপচিন্না পুনশিনখি। অসিবু তাইবং মীওইবনা অমা হায়না খঙনৈ। অমা হায়বদি তাইবংপানববু শেম্মিরিবা শাবিরিবা মপু মাবুনে।

থাং-তাগী মহৈরোই, শিনতাকপা, লৈকোইবা অমদি শিনতাক্ পুরেল লোয়ননা লুচিং কোকলেন হায়দনা লৈরিবা পলানদবী থৱাই মঙাগী মশকপু খঙনরিবা অসিগী মনুংদা কনাগুম্ব অমনা মহৈরোইদগীনা লুচিং কোকলেন ওইরক্লবা ফাওবগী থাক্তা লৈরবশিংনা থাং-তাগী লৈরিবা লিক্লমসিদা অমা নত্রগা অনিদা নত্রগা অহুমদা নত্রগা মরি নত্রগা মঙা নত্রগা তরুক নত্রগা তরেৎ হায়না লৈরিবা থাং-তাগী লিক্লম অসিবু মথং-মথং তমদুনা চৎপা য়াই।

থাং-তাগী মহৈরোই ওইরিবা শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী মশক খঙননবগী খঙনা খুদমদি য়েক তরেৎকী মচু অদুনা খঙনৈ। শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী থাক্তা লৈরিবা থাং-তাগী মহৈরোইশিংনা থাং-তাগী য়েংদম্নবা অমদি চাংদম্নবগীদা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংলবা মহৈরোই অমা ওইরবদি মহৈরোইদুগী মশক তাক্লবা খঙনা খুদমদি মহৈরোই অদুনা শান্নরিবা অমদি ফংলিবা মশান্না অদুগী মশক তাকপগী খঙনা খুদম অদুনা খঙনগনি।

# থাঙ-তাগী লিক্লম অমগী মশক তাকপা



১) **লান-থাঙঃ** থাঙ-তাগী লিক্লমদা শিনতাক পুরেল অমা লান-থাঙগী ওইবা লিক্লমদা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি মহাক্কী লান-থাঙগী খঙনা খুদম অসিদি থাঙ অমা চুংকোই অমগা য়েক্লিবা অসিনা খঙনৈ।



২) **থাঙ লৈতেং** :- শিনতাক পুরেল অমনা থাঙ লৈতেংদা মপুং ফানা মশাগী য়ৌফম থোকপা চাং অদুবু য়ৌনা খঙলবা অমদি হৈয়বা, অদু ওইরবদি থাঙ-লৈতেংগী খঙনা খুদমদি থাঙ অনিনা ফৈনা লৈবনা খঙনৈ।



৩) **চাইনা-তা** :- শিনতাক পুরেল অমনা তা চাইনবগী কাংলোন্দা মপুং ফানা মশাগী য়ৌফম থোকপা থাক্তা খঙলবা অমদি হৈরবদি তা অনিনা ফৈনা লৈগনি।



৪) **তা খৌশাবা** :- তা খৌশারোলদা মতিক চানা খঙবা হৈবা ওইরবদি চং অমগা তা অমগা লৈবনা খঙনৈ।



৫) **খেংঙৌরোল** :- খেংঙৌরোলদা মশাগী তৈফম থোকপা অমদি খঙফম থোকপা থাক্তা মপুং ফানা খঙলবা অমদি হৈরবা শিনতাক পুরেল ওইরগদি চি অহুমগী মালেম পুবা পাফল অমনা খঙনগনি।



৬) **শরিৎ-শরাক-শরাৎ** :- শিনতাক পুরেল অমনা শরিৎ-শরাক-শরাৎকী মশাগী য়ৌফম থোকপা চাংদা খঙ হৈরবদি শরিৎ-শরাক্কী লৌরোলশিংগী মনুংদা শরিৎ-শরাক্কী অয়েকপা থংনা খুদম অসিনা শরিৎ-শরাক্কী মশক তাকপ লিক্লমগী থংনা খুদম্মু খঙনগনি।

# থাঙ-তাগী লিক্লম অনিগী মশক তাকপা

থাঙ-তাগী লিক্লমদা লৈরিবা পুরেলশিংনা থাঙ-তাগী লিক্লম অনিদা পুন্না মাগী মাগী লিক্লমগী য়ৌফম থোকপা খঙফম থোকপা অমদি হৈফম থোকপগী থাক্তা মপুং ফানা খঙবা অমদি হৈরবদি, থাঙ-তাগী খঙনা খুদম ওইরিবা মশা মশাগী থাঙ নত্রগা তাগী মশক ওইবা অনি অদুনা পুন্না লৈমিন্নবনা খঙনগনি। অদুগা মখাদা পন্থৌ ইপাগী মশক ওইবা থা তন্থাই থোক্কনি।



**১) লানথাঙ + লৈতেং-থাঙ :-** শিনতাক পুরেল অমনা লান থাঙগা লৈতেং থাঙগা অনিদা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি, থাঙ অনিনা ফৈনা লৈরগা ময়াইদা চিংকোই অমনা লৈগনি। অদুগা মখাদা থা তন্থাই থোক্কনি।



**২) লান থাঙ + চাইনা তা :-** শিনতাকপুরেল অমনা লান থাঙ, চাইনা তা হায়রিবা লিক্লম অনি অসিদা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি তা অনিনা ফৈনা লৈরগা ময়াইদা থাঙ অমগা চিংকোই অমগনা ফৈনা লৈগনি। মখাদা থা তন্থাই থোক্কনি।



**৩) খৌশারোল + চাইনা তা :-** শিনতাকপুরেল অমনা খৌশারোল অমদি চাইনা তাগী ওইবা মহৈগী লিক্লমদা মশা মশাগী হৈফম থোকপা, য়ৌফম থোকপগী থাক্তা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি চুং অমগা তা অহুমগনা চুন্না লৈগনি। অদুগা মখাদা থা তন্থাই থোক্কনি।

**৪) খৌশারোল + থাং-লৈতেং :-** থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিগী লিক্রমদা খৌশারোল অমশুং থাং লৈতেং অনিনা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি চুং অমগা তা অমগা চুন্না লৈরগা মসিগী খরা মখাদা থাং অনিনা ফৈনা লৈগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি।



**৫) তা খৌশারোল + লান-থাং :-** তা খৌশারোল, লান থাং অনিদা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি চুং অমগা তা অমগা চুন্না লৈগনি। খরা মখাদা থাং অমগা চিংকোই অমগনা ফৈনা লৈগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি।



**৬) চাইনা তা + লৈতেং-থাং :** চাইনা তা, থাং লৈতেং অনিদা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি তা অনিনা ফৈনা লৈরগা ময়াইদা থাং অনিনা কারন্ননা লৈগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি।



৭) **খৌশারোল + থেঙ্গৌরোল :-** খৌশারোল, থেঙ্গৌরোলগী লিক্লমদা মপুং ফানা খঙবা হৈবা ওইরগদি, চুং অমগা তা অমগা চুন্না লৈরগা চি অহুমগী মলেম পুবা পাফল অমনা মথক কোল্লগা লৈগনি। মখাদা থা তম্বাই থোক্কনি।



# থাঙ-তাগী লিক্লম অহুমগী মশক তাকপা

থাঙ-তাগী ওইবা মহে অসিগী লৈরিবা লিক্লম অসিগী মনুংদা শিনতাক পুরেলশিংনা থাঙ-তাগী ওইবা লিক্লম অহুমদা অমুক মশা মশাগী য়ৌফম থোকপা থাক্লা মপুং ফানা খঙবা হৈরবা ওইরগদি থাঙ-তাগী লিক্লম অমম্মগী লৈজরিবা লিক্লম অহুম অদুনা পুনশিল্লগা লৈবনা খঙনৈ। অদুগা লিক্লম অহুম অসিবু মপুং ফানা হৈরে হায়বা খঙননবা মখাদা থা তম্বাই থোক্কনি, মথক্তনা লাইগী ওইবদা লৌরগা য়েৎলোম থংবগী মথক্তা শজিক থোক্কনি। শজিক্কী ওইবা মশক্কী থৱান্মিচাক্লা খঙনৈ।

১) **চাইনা তা + খৌশারোল + লানথাঙ :-** চুং অমগা তা অহুমগনা চুন্না লৈরগা থাঙ অমগা চিংকোই অমগনা অমুক খরা মখাদা ফৈনা লৈগনি। মখাদা থা তম্বাই থোক্কনি। মথক্তা শজিক থোক্কনি।





২) **খৌশারোল + লানথাং + লৈতেং-থাঙ :-** চুং অমগা তা অমগনা চুন্না লৈরগা থাঙ অনিনা চুংগী খরা মখাদা ফৈনা লৈরগা ময়াইদা চিংকোই অমনা চুন্না লৈগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি। মথক্তা শজিক থোক্কনি।



৩) **তা খৌশারোল + চাইনা-তা + লৈতেং-থাঙ :-** চুং অমগা তা অহুমগনা চুন্না লৈরগা খরা মখাদা থাং অনিনা ফৈনা লৈগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি। মথক্তা শজিক থোক্কনি।



৪) **খেঙ্গৌরোল + তা খৌশারোল + লান-থাঙ :-** চুং অমগা তা অমগনা চুন্না লৈরগা খরা মখাদা থাঙ অমগা চিংকোই অমগনা ফৈনা লৈগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি, মথক্তা শজিক থোক্কনি, চি অহুমগী মালেম পুবা পাফল অমনা কোল্লগা লৈগনি॥



**৫) থেঙ্গৌরোল + খৌশারোল + লৈতেং-থাং :-** তা অমগা চুং অমগা চুন্না লৈরগা থাং অনিনা ফৈনা লৈগনি। চি অহুমগী মালেম পুবা পাফলনা মথক মখা কোনগনি। মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি, মথক্তা শজিক থোক্কনি।

## থাং-তাগী লিক্রম মরিগী খুদম তাকপা

থাং-তাগী শিনতাকপুরেল ওইরক্লবা অমনা থাং-তাগী ওইবা মহৈগী লিক্রম মরিদা মশা মশাগী য়ৌফম থোকপা, খঙফম থোকপা, হৈফম থোকপা মহৈদা চপ চানা, মপুং ফানা খঙলবা অমদি হৈরবদি থাং-তাগী লিক্রম মরিগী অপুনবগী খঙনা খুদম অসিনা খঙনগনি। খঙনা খুদম অসিগী মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি, লাইগী ওইনা লৌবগী য়েৎ থংবদা শজিক থোক্কনি, ওই থংবদা থাবা থোক্কনি। পল্লৌ ইপাগী মশক ওইবা অমদি হি-য়াইগী মশকপু ওইরিবা শজিক, থাবা থোক্লিবা অসিবুনা থাং-তাগী ওইবা লিক্রম মরিদা মপুং ফানা খঙলবা হৈরবগী মশকপু খঙনগনি।



**১) থেঙ্গৌরোল + খৌশারোল + লান থাং + লৈতেং-থাং:-** চুং অমগা তা অমগা চুন্না লৈরগা খরা মখাদা থাং অনিনা ফৈনা লৈগনি। ময়াইদা চিংকোই অমনা চুন্না লৈগনি। চি অহুমগী মালেম পুবা পাফলনা মথক মখা কোনগনি মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি মথক্তা শজিক-থাবা থোক্কনি।



**২) থেঙ্গৌরোল + খৌশারোল + চাইনা তা + লান-থাঙঃ-**
চুং অমগা তা অহুমগা চুন্না লৈরগা মখাদা থাং অমগা চিংকোই অমগনা ফৈনা লৈগনি। চি অহুমগী মালেম পুবা পাফলনা মথক মখা কোনগনি মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি মথক্তা শজিক-থাবা থোক্কনি।



**৩) খৌশারোল + চাইনা তা + লান থাঙ + লৈতেং-থাঙ :-**
চুং অমগা তা অহুমগনা চুন্না লৈরগা মখাদা থাঙ অনিনা ফৈনা লৈরগা ময়াইদা চিংকোই অমা লৈগনি। চি অহুমগী মালেম পুবা পাফলনা মথক মখা কোনগনি মখাদা থা তম্মাই থোক্কনি মথক্তা শজিক-থাবা থোক্কনি।

# থাং তাগী অপুনবা লিক্লম মঙামক্কী খুদম

থাং-তাগী লিক্লমদা লৈরিবা লিক্লম মঙা অসিবু মপুং ফানা খঙলবা অমদি হৈরবা শিনতাক পুরেল অদুদি য়াম্না অখন্নবা ওইবনা য়াম্না মতিক ময়াই লৈরবা শিনতাকপুরেন্নি হায়না লৌগনি। অসিগুম্লবা শিনতাক পুরেল অসিগী থাং-তাগী খঙনা খুদম অসিদি থাং-তাগী লিক্লম মঙামক্কী লৈরিবা অপুনবা খঙনা খুদম অসিনা খঙনগনি। মখাদা পম্লৌ ইপাগী শক্তম্বু ওইরিবা থা তম্খাই থোক্কনি। মথক্তা লাইগী ওইবা পম্লৌ ইপাগী হি-য়াইগী মশকপু ওইরিবা শজিক থাবাবু থোক্কনি। ময়াইদা তাগী মতোনদা পলেম ইমাগী মশক শক্তম্বু ওইরিবা কোরৌ নুমিৎ অমা থোক্কনি।

**থেঙ্গৌরোল + খৌশারোল + চাইনা তা + লান-থাং + থাং লৈতেং :-**

চি অহুমগী মালেম পুবা পাফল অমনা চুম্না লৈরগা পাফল অদুগী মথক্তা চুং অমগা তা অহুমগনা চুম্না লৈরগা থাং অনিনা ফৈনা লৈরগা চিংকোই অমনা ময়াইদা চুম্না লৈরগা মখাদা থা তম্খাই থোক্কনি। মথক্তা শজিক থাবা থোক্কনি। ময়াইগী তা অদুগী মতোন্দা নুমিৎ অমা থোক্কনি। অসিগুম্লবা থাং-তাগী লিক্লম মঙাগী মশক শক্তম্বু ওইনা অপুনবগী খংনরিবা থাং-তাগী খংনা খুদমগী ওইবা শক্তম অসিদী পল্লানদবীগী ওইবা মশক শক্তম্বু খংনরিবা থৱানমিচাক্কী শক্তম অমগী ময়াইদা লৈরিবা অহাংবা শরুক অদুদা থাং-তাগী শক্তমশিং অদুবু লৈগনি। খ্বাইদগী মখা থংবা শরুক্তা মালেমগী ওইবা চি অহুম্বু পুরিবা পাফল অমনা লৈগনি।



মখাগী মলেমগী চি অহুমগী পাফলগী শক্তম অসিনা তাকইবদি অপুনবা মালমগী শক্তম্বু মহুৎশিনবনি। পলানদবীগী মশক ওইনা খংনরিবা থৱানমিচাক অসিবু তাইবং মীওইবগী ওইবা মশক শক্তম অদুবু খংনৈ। হাইবদি থৱানমিচাক অসিবু মীওইবগী মশক শক্তম্বু মহুৎশিনবনি। ময়াই থংবা শরুক্তা লৈরিবা থাং-তা চুং চিংকোইগী ওইবা মশক থোক্লা লৈরিবা থাং-তাগী লিক্লম মঙাগী ওইবা মশক শক্তম্বু খংনরিবা অসিবু তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী ইশা অসিগা মতম পুম্নমক্তা লোইনদুনা অমদি শগোন্নদুনা লৈরিবা থৌৱাই মঙাগী ওইবা মশক শক্তম অদুবু খংনৈ। হাইবদি থাং-তাগী লৈরিবা শক্তম মঙা অসিনা তাইবং মীওইবগী থৱাই মঙামক্কী শক্তম্বু মহুৎশিনবনি। মখাদা থা তাংখাই অমা থোকলিবা অসিবুনা পম্লৌ ইপাগী মশক শক্তম্বু খংনরিবা অদুবু মহুৎশিনবনি। মথক্তা শজিক অমদি থাবগী ওইবা মশক শক্তম্বু খংনরিবা থৱাইগী ওইবা মতিক ময়াই অমদি থাবগী মশকপু

ওইরিবা থৌৰান মিচাক অনিনা অমুক পিক্লা মথক্তা থোক্লিবা অসিগী ৱাহনথোক অসিদি, পণ্ডৌ ইপা ওইবা কয়ানা ঙসিগী পলেম ইমা ওইবী কয়াগী মফমদা পণ্ডৌ ইপাগী হী-য়াইগী মশকপু ওইরিবা মতিক ময়াই কয়ামরুমবু পিবিরিবা অদুগী মশক শক্তম অদুবু খংননবা শজিক অমদি থাবা অনি অসিনা মহুৎশিনবনি। মথক্তা তাগী মতোন্দা নুমিৎ অমা থোকলিবা অসিনা অমুক পিরিবা ৱাহনথোক অসিবুনা ঙসিগী তাইবং মালেম অসিদা লৈরিবা থৱাই পানবা পানদবা অচৎ চৎত্তা লেংলি পাল্লীবা কয়ামরুম্বু পাল থোক্লা মঙাল পিবিরিবা মালেম অসিদা লৈরিবা পলেম মমা ওইবী কয়াগী মশক শক্তম অদুবু খংন্নবা নুমিৎ অসিনা মহুৎশিনবনি। অসিগুম্লবা থাঙ-তাগী ওইনা লৈরিবা মতিক ময়াই পুন্নমকপু তানফংলবা শিনতাক পুরেলশিং অদুদি তাইবংগী মীরক্তা মী মীহেন, মী অথোইবা, মী অৱাংবা, মী মরু অমদি মী লাই হাইনা খংনৈ। লোইন্না থাঙ-তাগী ওইবা মতিক ময়াই কয়ামরুম্বু তানফংজরদুনা খংজা উজরবা শিনতাক পুরেনশিংনী হাইনা লৌগনি।



# তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা লুচিং কোকলেন ফাওবগী কোইয়েৎ খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎকী ওইবা শক্তম

তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা লুচিং কোকলেল ফাওবগী কোইয়েৎ খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎ অসিগী শক্তম অসিগী পাকপা চাওবা, অমদি শাংবগী শক্তমশিং অসিদি তাইবঙ পানববু শেম্বিরিবা পলেম পম্বৌ অনিগী খুবামনুঙগী শক্তম্বু ওইরিবা পলেম পম্বৌ অনিগী লম অমা কোনলিবা হকচাংগী কয়াৎ অমদি খুৎ-শা শিংগী মওং মতৌ অমদি শক্তমশিং কয়াদগী লৌগনি। মমাংদা শিয়োম্নুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী লৈরিবা থাক্কী মহৈরোইশিংগী ওইবা চহি তরেৎ অসিগী মতমদা পলেম ইমানা কোইশেন শেন্নবিদুনা অঙাংগী নৌৰানা চাওবা শারেপ কাংদোং ফারক্তুনা মমান মমান্নবা কয়াশিংগা কোইনা থেংনজবা ঙম্নবগী লৈরিবা মতম অদুদা পলেম ইমা ওইবী মহাক্না মচাবু কদাইদা করি শোইখিগদগে খন্না মচাবু য়াম্না চেকশিন্না শেন্নবিবা অদুগী মওং মতৌ অমদি শক্তম শকওং কয়াশিং অদুবু ওইবনি হাইনা লৌগনি। অশুম্না তরেৎনা খুজিং ওইবা অসিবু পলেম ইমানি হাইনা লৌনৈ।

মথঙদা অমুক তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা পুরেল ফাওবগী থাক্তা লৈরিবা থাং-তাগী তম্নবগী লিকলমগী ওইবা পরিং মঙা অসিবুনা অমুক মমাংগী চহি অমদগীনা চহি তরেৎ ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা মহৈরোই, শীয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী মতমদা পলেম ইমানা অঙাংগী নৌৰা ওইবা কয়াবু চিক্লোন নাওকোনবিদুনা চাওবা শরেপ্প মপুং ফারকলবা মতমদা পম্বৌ ইপা ওইবনা মচা মশু ওইবা কয়াবু অমুক পাইমা লৌশিং চাওন্নবা ওইবা কয়াবু তাকপি তম্বিদুনা মচা মশু ওইবা কয়াবু অশোই অঙাম থোক্তনবা চিক্লোন নাওকোনবিবগী শক্তম অমদি মওং মতৌ কয়াশিং অদুগী মতিক ময়াইশিং অদুবুনি হায়না লৌগনি। অসিগুম্বা মরম কয়াশিং অসিবু লৈবনা তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা পুরেল ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা শিনতাকপুরেলশিং অসিগী খদাংচেৎ অমদি খ্বাংচেৎশিং অসিবু পম্বৌ ইপা মক্লি হায়না লৌগনি ।

তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা পুরেল ফাওবগী থাক্তা লৈরিবা শিনতাক পুরেলশিংনা কোক্তা য়েৎলিবা কোইয়েৎ অসিগী ৱাহম্লোক অসিবুনা অমুক তাইবং মীওইবগী থৱাই-মিগী মশকপু ওইরিবা মতম পুন্নমক্তা মীওইবনা পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মনুংদা অয়ুক, নুংথিন, নুমিদাং নোংজু নুংশা থাক্তনা লোইনরিবা 'ঐ ঐ'গী লোইনবা থৱাই-মিবু ওইরিবা মাগী শক্তম শকওংগী মতিক ময়াইশিংবু লৌগনি। কনা কনাগুম্বনা মহাক অদুবু লোইনবা নত্রগা ইতাও হাইনসু কৌনবনি। অশিগুমলবা শিনতাক পুরেলশিংনা য়েৎকদৌবা কোইয়েৎশিং অসিগী অশাংবনা শিনতাকপুরেল অদুগী মশাগী লম অমগা মখাই শাংগনি। অপাকপনা মশাগী থাগী তম্বাই (থাগাই) অমা পাক্কনি।



১) তাঙ্কক লৈকোইবা



২) অঙ্খিং শীনতাক পুরেল



৩) হিরি কোনবা শিনতাকপুরেল



৪) লাংজৈ শিনতাকপুরেল



৫) পুরেল (লুচিং কোকলেল)

কোয়েৎ অসিগী মথক্তা ফারিবা, পুল্লিবা খদাংচেৎ অসিগী অশাংবা অসি শিনতাকপুরেল অদুগী মশাগী লম অমা শাংলিবা অদুদগী খুৎতোন অহুম হনজিননি। লম অমদগী খুৎতোন ৩ হনজিনবা অশিগী মনুংদা অমুক খদাংচেৎ অসিগী মতোন-মতোন অনিদা খুৎতোন অহুম-অহুম শাংবা লংনা জোম-জোম তাগনি। লংলানা জোম-জোম তারিবা অসিগী ব্রাহম্বোক্তি থবক থৌরম্বু পাংথোকপদা মতিং লৈনা পাংথোকপা ঙম্বা অমদি মনিং তম্ববু খঙনৈ। খদাংচেৎ অসিগী অপাকপনা খুৎতোন মঙা পাক্কনি; খুৎতোন মঙা পাকলিবা অসিগী ব্রাহম্বোক্তি মৈনে, ঈশিংনে, নুংশিৎনে, মালেম্নে, অতিয়ানে, মঙামক্কী মতিক ময়াইবু খংনৈ। লোইন্না তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী থব্রাই মঙামক্কী মতিক ময়াই অদুবুসু খংনৈ। অসিগুম্লবা পল্লানদবীগী মতিক ময়াইগী মশকপু ওইরিবা খদাংচেৎ অসিনা মতম পুন্নমক্তা তাইবং মীওইবা ওইবা কয়াবু য়ান্না চেকশিন্না শোয়খিদনবা হাইদুনা কুপশেন শেন্নবিবা অদুগী মশক শকতম অদুবু লৌগনি।

তাঙ্কক লৈকোইবদগীনা লুচিং কোকলেন ফাওবগী থাক্তা লৈবা শিনতাকপুরেলশিংনা লাকলীবা, পুল্লিবা খ্বাংচেৎ অসিদি মশাগী লম অমগী অশাংবনা ওইগনি। অসিগুম্লবা খ্বাংলাক লম অমা শাংলিবা অসিগী মনুংদা অদুমক খুৎতোন মঙা-মঙাগী অশাংবা লংনা খ্বাংচেৎকী মতোন অনিদা জোম-জোম তাগনি। খ্বাংচেৎ অসিগী অপাকপনা খুৎতোন মাপন পাকপনা ওইগনি। অসিগুম্লবা খুৎতোন মাপনগী মশক অসিবুসু পম্বৌ ইপাগী মশক শক্তম্বু খংনৈ। অশুন্না পম্বৌ ইপাগী হি-য়াইগী মতিক ময়াইগী মশকপু ওইরিবা খ্বাংলাক অসিনা মতম পুন্ননক্তা মচাশিংবু পুক্নীং লৌশিং অমদি থৌনা লিংজেনবু হাপ্পীদুনা পম্বৌনা মচাশিংবু কদাইদা করি শোইখিগদগে হাইনা শেন্নবিবা অমদি নাওকোনবিবগী মশক শক্তম্বু লৌগনি।



# তাঙ্কক লৈকোইবদগী লুচিং কোকলেল ফাওবগী শিন্তাপুরেলশিংগী ওইবা অপুনবগী খংনা খুদমশিং

লিক্লম মঙাগী ওইবা মশা-মশাগী চপ চাবা কাংলোন অমদগী তরুক ফাওবদা লৈরিবা খংনা খুদমশিংদি কোকয়েৎ, খদাংচেৎ, খ্বাংচেৎ লোইননা থাং-তাগী ওইবা মহৈ লিক্লমশিংগা লোইননা খংনগনি। খুদম খর মখাদা পিজরিঃ



*খুদম ১ঃ-*

অচি শিন্তাক পুরেল অমনা থাং-তাগী লিক্লমদা. লিক্লম অনিশুবদা লানথাং অমদি লৈতেংথাংগী ওইবা থাক্তা লৈরগদি খুদম অসিনা খংনগনি



*খুদম ২ঃ-*

হিরিকোনবা শিন্তাক পুরেল অমনা থাং-তাগী লিক্লমদা. লিক্লম অহান্বা লান্থাংগী ওইবা থাক্তা লৈরগদি খুদম অসিনা খংনগনি



*খুদম ৩ঃ-*

লাংজৈ শিন্তাক পুরেল অমনা থাং-তাগী লিক্লমদা. লিক্লম মরিগী খৌশারোল চাইনা তা লান থাং অমশুং লৈতেং থাংগী ওইবা থাক্তা লৈরগদি খুদম অসিনা খংনগনি

# শিয়োমনুংদগী লুচিং কোক্লেল ফাওবগী লৈরিবা থাঙ-তাগী তন্নবা অমদি হৈগদবা লিক্লমশিং

## শরিৎ-শরাক, শরাৎকী লিক্লমগী মমিং

১) *শিয়োমনুং অহানবা চহি* - শাজেল কাংলোল, খোঙলোল অমদি খুৎলোলশিং তমগনি।

২) *হৈনা চৎপা অনিশুবা চহি* - শাজেল কাংলোল, খুৎ নাম্মা অমদি খুৎ অনি পায়বা অমদি নানথোকপা তমগনি।

৩) *শিনতম্বা অহুমশুবা চহি* - শাজেল কাংলোল, শাগোন্নবা অমদি লৌ ওকপা তমগনি।

৪) *থৌপুবা মরিশুবা চহী* - শাজেল কাংলোল, মীহাৎ, মীকল, খুৎলায় পায়বা অমদি খুৎলায় পায়দবা কয়াবু তমগনি।

৫) *লৈকোইবা মঙাশুবা চহি* - শাজেল কাংলোল, শেবোৎতী য়াংবী, শেবোৎতী শরাৎপু তমগনি।

৬) হিরি কোনবা তরুকশুবা চহি - শাজেল কাংলোল, থক অমদি খাগী খরংচাই তমগনি।

৭) *শিনতাকপা তরেৎশুবা চহি* - হুইতেমগী মখল অহুমগী খুৎলায় পায়দবা, খুৎলায় অতেনবা পায়বা অমদি খুৎলায় অশাংবা পায়বশিং তমগনি।

৮) *তাঙ্কক লৈকোইবা নিপানশুবা লিক্লম* - তাঙ্কক লৈকোইবগী থাক অসিদি শরিৎ-শরাক, শরাৎকী ওইবা মহৈ অসিগী তম্বদা খঙদবা উঙমদবা খিবিকপু থিগনি।

৯) *অচি (অন্চি) শিনতাকপুরেল ৯সুবা লিক্লম* - অচি শিনতাক পুরেলগী থাক অসিদদি থাং-তাগী মনুংদা য়াওরিবা শরিৎ-শরাক, শরাৎপু শুপনা খঙবা হৈবা অমদি লৈশেমলোলগী ৱারী ৱাখোংবু য়াম্না কুপ্না খঙলবা হৈরবা ওইগনি। লোইননা খঙদবা উঙমদবা কয়াবু খঙননবা হোৎনগনি।

১০) *হিরি কোনবা তরাশুবা লিক্লম* - হিরি কোনবা শিনতাক পুরেল অসিদি পুন্নমকপু খঙবগা লোয়ননা শরিৎ-শরাক, শরাৎগী ওইবা মহৈ অসিবু লাংজৈ পুরেল ওইবা ঙম্লনবা শরিৎ-শরাক, শরাৎকী মনুংদা লৈরিবা কাংলোল অমদি ৱারী ৱাখোং কয়াবু তাশিন্দুনা, খোমজিন্দুনা য়াম্না চেকশিন্না থম্বগী তাঙ্কক অসিবু হিরি কোনবা শিনতাক পুরেল ওইগনি।

১১) *লাংজৈ শিনতাক পুরেল ১১শুবা লিক্লম* - লাংজৈ শিনতাক পুরেলগী থাক অসিদদি শরিৎ-শরাক, শরাৎকী মহৈ অসিবু খঙবা হৈবগা লোয়ননা ৱারী ৱাখোং পুন্নমকপু তাকপী তম্বীবা ঙম্লবা মীশক ওইগনি।

১২) *লুচিং কোকলেল (পুরেল) তরানিথোইশুবা লিক্লম* - লুচিং কোকলেল অসিগী থাক অসিদি মহৈ অসিবু তাকপীবা তম্বীবা হোৎনবা য়াবা পুন্নমকপু হোৎনরম্লবা মতুংদা তুংগী লম্বেলনা শাংলক্লবা মাংগী লম্বেলনা তেনশিল্লক্লবা চহি ৯০ শুরবা মীশক অদুনা ওইগনি।

# খৌশারোল অমদি চাইনা তাগী কাংলোল লিক্লমশিংগী মমিং

১) *সিয়োমনূং অহাম্বা চহি* - শাজেল কাংলোল তম্বা অমদি তাগী ওইবা শাজেল কাংলোলশিং, হোৎপা, শৌ কাইবগী শাজেল কাংলোলশিং তম্বা।

২) *হৈনা চৎপা ২শুবা চহি* - তাগী ওইবা শাজেল কাংলোল তম্বা অমদি খৌশারোল মাপলগী মনুংদগী ইহান হান্না মরাম নুংশেৎপা তমগনি।

৩) *শিনতম্বা ৩শুবা চহি* - শাজেল কাংলোল অমদি খৌশারোল: মরাম মচা লুখ্রাবী, কবুই খৌশাবু তমগনি। লোইননা চাইনা তাগী পরিং অহৌবা তারোল তরুক, নিপালগী খোঙলোল অমদি অচোংবি অমদি অশিৎপী তমগনি।

৪) *খৌপুবা ৪শুবা চহি* - শাজেল কাংলোল শান্নবা অমদি খৌশারোলদা ১) মরাম অচৌবা খৌশা, ২)অখৌ চুংফাং লোইননা চাইনা তাগী খোঙলোল, খুৎলোল নিপালগী অমদি খোঙলোল খুৎলোল তরাগী অচোংবী, অশিৎপী অমদি মাং-তুংবু তমগনি। খৌ পুবগী থাক অসিদি শিয়োমনুংদগী শিনতম্বা ফাওবগী থাক্তা লৈবা মহৈরোইশিংবু তাকপী তম্বীবা ঙম্বা ওইগনি। অসিবু খৌপুবা কৌই।

৫) *লৈকোইবা ৫শুবা চহি* - শাজেল কাংলোল অমদি খৌশারোলদনা ১) অথৌ খৌশা, ২) থেন খৌশাবু তমগনি। চাইনা তাগী তারোলনা তারোল তরানিথোই, তরাতরুক, তরানিপালগী খোঙলোল অমদি খুৎলোল, অচোংবী, অশিৎপী, থা-মচেৎকী ফৈচৎ, লৈকোই অমদি অহলবী তমগনি।

৬) *হিরি কোনবা ৬শুবা চহি* - শাজেল কাংলোল অমদি খৌশারোলদনা ১) তাংখুল খৌশা, ২) অথৌ খুনচাও লৈচাওবা খৌশা তমগনি। লোইননা খৌশারোল মাপলগী মনুংদদি চন্দবা খৌশা পনিং-পমাং অমদি খুনতাক-লৈতাক খৌশারোলবু তমগনি। লোইননা চাইনা তাদনা তারোল তরানিপালদগীনা তারোল কুন্থ্রামরি ফাওবগী খোঙলোল অমদি খুৎলোল কয়াবু মপুং ফানা তমগনি।

৭) *শিনতাকপা ৭শুবা চহি* - শিনতাকপা অসিগী থাক অসিদদি মহৈরোইশিংবু মপুং ফানা তাকপী তম্বীবা ঙম্বা ওইরগনি। অমদি তম্বীরগনি। লোইননা খৌশারোলগী হৌরকফম লৈশেমলোলগী ওইবা ৱারী ৱাথোং কয়াবু খংননবা তম্বা হৌরগনি। অমদি খৌশারোল মাপলগী লাইরোল য়াওবা চোংবা তম্লগনি। খৌশারোল মাপলগী মনুংদা চিংবা অমশুং চিংবা য়াদবা খৌশারোল কয়াগী মরমদা নৈনগনি।

৮) *তাঙ্কক লৈকোইবা ৮শুবা লিক্লম* - তাঙ্কক লৈকোইবগী থাক অসিদি খৌশারোল মাপলগী মনুংদা লাইরোল য়াওনা চোংবা অমদি খৌশারোল মাপলমকপু হৈরবা অমদি মহৈরোইশিংবু মপুং ফানা তাকপী তম্বীববুসু ঙল্লবনিনা অমুক তাগী হৌফম অমদি হৌরক ৱারীবু থিবা তম্লগা লোয়ননা থেঙ্গৌরোলশিংবু তম্বা হৌরগনি। ইহান হানবদা হো, রো, শো, বু খঙনবা নৈনগনি। অমদি ইরু লাইশোল অমদি অকোকলোল অমদি অমাং অশেং কোকপা লাইহৎলোল মথং মথং তম্লগনি। মঙাং লথাবি, লুৱাং লথাবি, খুমন লথাবি তমগনি। অসিগা লোইনবা থেঙ্গৌরোল কয়ামরুম্বু নৈনগনি।

৯) *অচি (অন্চি) শিনতাক পুরেল ৯শুবা লিক্লম* - অচি শিনতাক পুরেলগী থাক অসিদনা মথক্তা লৈশেম থেঙ্গৌ মপুম (মেন থেঙ্গৌ) অমদি লাইশোল তিনশোলশিংবু মপুং ফানা মথং মথং তম্লবনিনা থেঙ্গৌরোল মাপলগী অশেংবা খোঙজোং অমদি খুৎহাইশিংবু মপুং ফানা হেন্না কুপশিন্না নৈনগনি। থেঙ্গৌরোলগী হৌরক ৱারীবুসু কুপনা নৈনগনি। লোইননা থেঙ্গৌরোল মচেৎ শিংবুসু নৈনগনি। শিনতাকপুরেল অসিনা নৈনগদৌবা থেঙ্গৌরোলশিংগী মমিং মখাদা থমজরি। লৈশেমলোল থেঙ্গৌ মপুম (মেন থেঙ্গৌ), অখম লৈখম, চেংকোল থেল, অতাল থেল, লৈনেৎ থেঙ্গৌ,

চাককৌ থেল, লৈচোং থেঙ্গৌ, অকৌ থেঙ্গৌ, লালনিংকাং থেঙ্গৌ, লৈচাক থেঙ্গৌ, লৈতাল থেঙ্গৌগী ওইবা মখল অনি অমদি অকৌ থেঙ্গৌগী ও গী নাওয়োম অমদি রো গী নাওয়োমশিং অসি মখলশুনা মচা খাইনা নৈনগনি।

১০) *হিরি কোনবা ১০শুবা লিক্লম* - হিরি কোনবা শিনতাক পুরেল অসিদি থেঙ্গৌরোলশিংবু শুপ্পা তম্লবনিনা অমুক থেঙ্গৌরোল মাপলগী অমদি তারানিথোইগী খেন্নবা অমদি খেন্নরিবশিংগী মরমদা কুপনা খঙবা হৈবা ওইগনি। অমদি থেঙ্গৌরোল চাম্মা নিপাল খঙবা হৈবা ওইরবনিনা, লাংজৈ পুরেল ওইবা ঙম্লনবা হিরি কোনদুনা তাগী ওইবা মহৈশিংবু মপুং ফানা তাশিনগনি।

১১) *লাংজৈ শিনতাক পুরেল ১১শুবা লিক্লম* - লাংজৈ শিনতাক পুরেলগী থাক অসিদি তা-খৌশারোল অমদি থেঙ্গৌরোল কয়াবু য়াম্লা মপুং ফানা খঙবা হৈবা মীশক ওইরবনি। লৈশেমলোলগী লৈঙাকলোলগী কাংলোল কয়াবু মপুং ফানা মহৈরোইশিংদা শন্দোকপা অমদি তাকপী তম্বীবগী অচৌবা থৌদাং লৌবা মীশক ওইগনি।

১২) *লুচিং কোকলেল (পুরেল) ১২শুবা তাক্কক* - লুচিং কোকলেলগী থাক অসিদি পুন্নমকপু খঙলবা হৈরবা অমদি লাইগী মশক ওইরবা মাংগী লম্বেলনা তেল্লবা তুংগী লম্বেলনা শাংলক্লবা মশগী চহিনা ৯০ শুরবা মহৈ অসিনা চহি ৭০ চুপ্পা খঙ-হৈরবা মীশক অদুনা পুরেল ওইগনি।

## লান থাঙগী পরিং লিকমলমশিং

১) *শিয়োমনুং* - লাল থাংগী শাজেল কাংলোল অমদি খোঙলোল খুৎলোল অমদি ফিথুপশিং তম্বা।

২) *হৈনা চৎপা* - শাজেল কাংলোল অমদি থাংবী তরুক অমদি থাংবী নিপালগী খোঙলোল - খুৎলোল অমদি লমলেম্বগী খোঙফম ফিথুপ লোইননা খোঙফম অনি খোঙফম অহুমগী ফুংগা নুংদুম নত্রগা য়োৎশাবী মথোঙ অহুম হায়না খঙনরিবা অনিগী খোঙলোল অমদি খুৎলোলশিং মথং মথং তমগনি।

৩) *শিনতম্বা* - শাজেল কাংলোল অমদি থাঙবি তরা, থাঙবি তরানিথোইগী খোঙলোল খুৎলোল, খোঙফম অহুম ফুঙ্গা নুংদুম য়োৎশাবী মখোঙ অমদি খোঙফম অহুম ফৈচৎকী খোঙচৎ অমদি খুৎলোলশিং তমগনি।

৪) *থৌ পুবা* - শাজেল অমদি থাঙবি তরানিথোই, থাঙবি তরাতরুক, থাঙবী তরানিপালগী খোঙচোং, খোঙলোল অমদি খুৎলোলশিং মথং-মথং তমগনি।

৫) *লৈকোইবা* - শাজেল অমদি থাঙবি তরানিপাল অমদি থাঙবি কুনমরিগী মনুংদা লৈবা খোঙলোল খুৎলোলশিং তমগনি।

৬) *হিরি কোনবা* - থাঙবি কুনমরি, কুন্থ্রা অমদি কুন্থ্রানিথোইগী মনুংদা লৈবা খোঙলোল অমদি খুৎলোলশিং তমগনি।

৭) *শিনতাকপা* - লালথাঙগী মনুংদা মরু হক্লা লৈরিবা চৈহল, থাঙহলগী অকুম্পা মরোলশিং তমগনি। খুৎচেং ককপিগী থাঙলোলবুসু কুপনা নৈনগনি অমদি হাইথাঙলেনগী অকুম্পা মরোল কয়ামরুম্বুসু তমগনি, থিগনি। অমদি থাঙগী হৌফম হৌরক ৱারী থিগনি।

৮) *তাঙ্কক লৈকোইবা* - তাঙ্কক লৈকোইবা অসিগী মতম অসিদদি থাঙগী মনুংদা লৈরিবা মরু হক্লবা লালথাঙগী ওইবা মহৈদা থিবা য়াবা তম্বা য়াবা কয়াবু ঙমজবা থাক্তা থিদুনা তমগনি। অমদি লৈশেমলোলগী মনুংদা লৈরিবা থাঙগী ওইবা থেঙ্গৌরোল তরেৎপু মপুং ফানা তম্বা ওইগনি। অদুগুম্লবা থাঙগী ওইবা থেঙ্গৌরোলশিং অদুদি লৈফল, নোংফল, লৈনিক, অখোম লৈখোম, অচাই, অতাল, অকাও হায়না লৈরিবা লৈশেমলোলগী মনুংদা থাঙগী ওইবা থেঙ্গৌনি হাইনা খংনরিবা অসিবু তমগনি। করিগুম্বা মীশক অদুনা থেঙ্গৌরোল তমদনা লানথাঙগী শা-লালগী ওইবা মহৈ খক্তা ওইনা তমগে হায়রবদি লানথাঙগী মনুংদা লৈরিবা খুৎচেং ককপি নত্রগা হাইথাঙলেন নত্রগা চৈহলগী লৈরিবা মহৈশিং অসিদা তাঙ্কক লৈকোইবা ওইনা থিবা তম্বা য়াই।

৯) *অচি (অশ্চি) শিনতাকপুরেল* - থাঙগী ওইবা ৱারি ৱাখোং পুন্নমকপু তমগনি, নৈনগনি। অমদি থাংগী থেঙ্গৌরোলগী খোঙচোং খুৎহাই অমদি খুৎলোল লোইননা থাঙগী হৌরক ৱারি ৱাখোং পুন্নমকপু তমগনি, থিগনি।

১০) *হিরি কোন্না শিনতাকপুরেল* - লাল থাংগী শরুকপু মুন্না কুপ্পা খঙলবা হৈরবা তম্লবা অমদি হৌরক ৰারি থাংগী হৌফম্বু মুন্না খঙলক্লবা অমদি খঙননবা থিজিনবগা লোইননা তাশিন খোমজিনবা অসিবু হিরি কোন্না কৌই।

১১) *লাংজৈ পুরেল* - লাল থাংবু কুপ্পা খঙলবা হৈরবা পুন্নমকপু খঙলবা ওইগনি। মরম অসিনা মীশক অসিবু লাংজৈ পুরেল ওইরগনি। লাংজৈ হায়বগী ৰাহম্লোকতি অহুমশুবা হায়বনি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকী মতিক ময়াই ফংলবা খঙলবা হায়বনি। মসিবু লাংজৈ পুরেল হায়না খঙনৈ।

১২) *লুচিং কোকলেল (পুরেল)* - চহি ৯০ শুরবা চহি ৭০ গী মতমদা খঙ হৈরবা মীশক অদুবু পুরেল অথোইবা হায়না খঙনগনি।

## লৈতেং থাংগী পরিং লিক্লমশিং

১) *শিয়োমনুং* - শাজেল কাংলোল অমদি খোঙলোল, খুৎলোলশিং তমগনি।

২) *হৈনা চৎপা* - শাজেল অমদি থাংবি শাকোক্কী পরিংশিং তমগনি। থাংবি শাকোক্কী পরিং অসিদি ইচম চম্বা শগোল খোঙচত্তা চোংদুনা থাং হাইবগী পরিংশিং তম্লগনি।

৩) *শিনতম্বা* - শাজেল অমদি অথৌ থাংহাইগী পরিংশি তমগনি। অথৌ থাংহাইগী পরিং অসিদি অনোই খোঙচত্তা চত্নুনা অমসুং চোংদুনা য়াম্না চিং লেপ্পা মকল অথৌশিংগী শক্তমদা হাইবা থাংহাইনি।

৪) *থৌ পুবা* - শাজেল অমদি থাংহাইনা শিন্নৌ থাংহাইগী পরিংশিং তমগনি। শিন্নৌ থাংহাইগী পরিং অসিদি জগোয়গুম্না য়াম্না মেঙনা থোৎনা নৌনা শাথেক কয়ামরম্মগী লোইননা ঈশৈ য়াওনা হাইবা থাংহাইনি।

৫) *লৈকোইবা* - শাজেল অমদি থাংহাইনা অখোমগী থাংহাইগী পরিংশিং তমগনি। অখোম থাংহাইগী পরিং অসিদি পান্থোইবী লৈথক, লৈখা, নুংওন ফৌওইবা পরৈ লৈখা, পরৈ লৈথক, খুউ লৈতাবা অসিনচিংবা থাংগী ফিরেপ ১৬০গী মখল্লা লৈ হায়রিবা ফিরেপশিংসিগী মনুংদা ফিরেপ অনিদ্ধী মরি ফাওবা অথৌগী খোঙফম মপুম অমদা নত্রগা অনিদা হাপ্পুনা (থেক্তুনা) অৱাংবা থাক্তা হাইবা থাংহাইশিং তমগনি।

৬) *হিরি কোনবা* - শাজেল অমদি থাঙনা অথৌ য়াংবি অমদি অথৌ পাঙ্গলবগী পরিংশিং তমগনি। অথৌ য়াংবি অমদি পাঙ্গলবগী পরিং অসিদি অথুবা থাঙহাইগী খোঙফম ময়াম্না পুনশিল্লগা হাইগদৌবা থাঙহাইশিং অদুবু তমগনি।

৭) *শিনতাকপা* - মহৈরোইশিংবু তাকপী তম্বীবা ওইগনি। থাঙগী হৌফম অমদি হৌরকফমবু মফম খঙনা থিগনি, অমদি তমগনি। মহৈরোইশিংবু তাকপী তম্বীবদা চহি মঙাগী মতমদা খঙবা হৈরবা মীশক ওইগনি। অসিগী মতুংদা তাঙ্কক লৈকোইবগী তাঙ্কক অসি লাক্কনি।

৮) *তাঙ্কক লৈকোইবা* - অসিদি থোইদোক হেন্দোক্না খঙবা হৈরবা মীশক অমা ওইবা ঙম্নবা থাঙ হাইবগী (লৈতেংশিং) মনুংদা লৈরিবা পুন্নমকপু খঙননবা অমদি হৈননবা থিজিনবগা লোইননা থাঙ-তাগী হৌরকফম ৱারি ৱাখোং থিগনি অমদি তমগনি। তাঙ্কক লৈকোইবা অসিগী মতমদা থাঙহাইশিং অমদি থাঙগী হৌরকফমগী তম্না অমদি থিবগী খ্বাইদগী কনবা মতম হায়বদু ওইগনি। মসিবু তাঙ্কক লৈকোইবা কৌই।

৯) *অচি (অন্চি) শিনতাকপুরেল* - থাঙ হাইবগী মহৈ অসিবু থিবা য়াবা থিরদুনা খঙলবা হৈরবা লোইননা থাঙ-তাগী হৌরক ৱারীবুসু খঙবা য়াবা খঙলক্লবা মতুংদা মশাগী চহিগী অমদি হৈরিবা মহৈগী থাক অদুগী মতুং ইন্না অচি শিনতাকপুরেল অসি ওইগনি।

১০) *হিরি কোন্না শিনতাকপুরেল* - অসিদি থাঙ লৈতেংগী শরুক পুন্নমকপু খঙলবা হৈরবা অসিদা নত্তনা ৱারি ৱাখোঙ পুন্নমকপুসু খঙলবা হৈরবা মীশক লোইননা থাঙ-তাগী মহৈ অসিবু তাশিন-খোমজিন্দুনা লাংজৈ পুরেল ওইবা ঙম্নবা থাঙ-তাগী লৈরিবা মহৈশিং অসিবু তাশিন-খোমজিনগনি। অসিবু হিরি কোনবা শিনতাক পুরেল হায়না খঙনৈ।

১১) *লাংজৈ পুরেল* - লৈতেং থাঙগী লৈরিবা খাংহাই পুন্নমকপু মপুং ফানা খঙলবা হৈরবা মীশক ওইরগনি অদুগা থাঙ-তাগী মহৈ তস্ফম শঙ অমগী খ্বাইদগী ৱাংবা শিনতাকপুরেল ওইগনি। অসিগুম্বা মীশক অসিবু লাংজৈপুরেল হায়না খঙনৈ।

১২) *লুচিং কোকলেল (পুরেল)* - মশাগী চহি ৯০ শুরবা চহি ৭০ চুপ্পা খঙ হৈরবা চোংবা ফনবা ৱারবা মাংগী লম্বেলনা তেল্লবা তুংগী লম্বেলনা শাংলক্লবা অহলগী মতম ওইরবা মীশক অসিবু পুরেল হায়না খঙনৈ।



# স্টেট, নেস্নেল, এসিয়া অমদি ইন্টরনেস্নেলগী থাক্তা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংলবা মহৈরোইশিংগী মশক তাকপগী খঙনা খুদম

শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকপা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা মহৈরোইশিংনা করিগুম্বদা স্টেতকী থাক্তগী তাদবদা থাং লৈতেংদা, তা খৌশাবদা, তা চাইনবদা, চৈবী য়েন্দম্নবদা অমদি শরিৎ-শরাক লোইননা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিগী চাংদম্নবা অমদি য়েন্দম্নবা কয়াদা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংলক্লবা মীশক মীওইশিং অদুগী মশক খঙননবগী খঙনা খুদমশিং লৈগনি। অসিগুম্লবা থাং-তাগী চাংদম্নবা অমদি য়েন্দম্নবগী খঙননবা থাক্কী মশক তাকপগী খঙনা খুদম অসিদি মালেম অমদি থক্তা থোক্লিবা থা, থৱান্মিচাক, নুমিৎ হায়না খঙনরিবা লাইবুংথৌ মরি (প্লানেট) মালেমগী অকোইবদা লৈদুনা লৈরিবা অসিগী খোঙচৎ অমদি অরাম্পগী লৈরিবা খেন্নবা অমদি মতিকময়াই অদুগী মওং মতৌদগী লৌগনি। থানা ইপানি শজিক অমদি থাবাবুনা হি য়াইবুনি অদুগা নুমিৎপুনা পলেম ইমাবুনি হায়না লৌগনি। ঙসি তাইবং পানবা অসিদা লৈরিবা থৱাই পানবা জীবা অচৎ-চত্তা পুন্নমক্না লৈরিবা অমদি হিংবা ঙম্লিবা পুন্নমকশিং অসিদি হায়রিবা মালেম, থা, থৱান্মিচাক, নুমিৎ হায়রিবশিং অসিগী মপান্ননি। মখোয়শিং অসিবু লৈরমদ্রবদি তাইবংগী থৱাই পানবা অমত্তা ঙসি লৈরম্লোই। মরমশিং অসি লৈবনা মালেম, থৱান্মিচাক অমদি নুমিৎকী শক্তম্বু লৌদুনা শিয়োমনুংদগীনা শিনতাকবা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা মহৈরোইশিংনা স্টেট, নেস্নেল, এসিয়া, ইন্টরনেস্নেলগী চাংদম্নবা অমদি য়েন্দম্নবদা মনা ফংলবশিংগী খঙননবগী শক্তাক খুদম্বু খঙনগনি। অসিগুম্লবা চাংদম্নবা অমদি য়েন্দম্নবা অসিদি মশাগী অরুম্বদা নত্রগা মশাগী ওইবা চহিদা ওইনা থাইদোক্লুনা চাংদম্নগনি অমদি য়েন্দম্নবা ওইগনি।

## স্টেটকী থাক্তা য়েংদম্নবা

থাং-তাগী মহৈরোই অমনা থাং-তাগী ওইবা মহৈগী চাংদম্নবা অমদি য়েংদম্নবদা মহৈরোই অমনা স্টেটকী থাক্তা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংলবদি মহৈরোই অদুনা শান্নরিবা অমদি মনা ফংলিবা মহৈ অদুগী শক্তাক খুদম অদুবু য়েকপনা খঙনগনি।

খুদম ওইনা স্টেটকী ওইবা থাক্তা থাংপাক য়ান্নবদা মনা ফংলকলবদি মদুগী খঙনা খুদম থাংপাক য়ান্নবা য়েক্লিবা খুদম অসিনা খংনগনি।



*স্টেটকী ওইবা থাক্তা থাংপাক য়ান্নবগী মনা*

## নেম্নেলগী থাক্তা থাং চুঙ্গোই য়ান্নবগী খংনা খুদম

থাং-তাগী ওইবা মহৈরোই অমনা নেম্নেলগী থাক্তা চাংদম্নবা অমদি য়েংদম্নবদা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংলবদি নেম্নেলগী ওইবা থাক্কী খঙনা খুদম অসিগী মথক্তা থোক্লিবা থা অসিগী শক্তম্মু য়েকপনা খঙনগনি। থা থোকপা য়েক্লিবা অসিগী খরা মথাদা মহৈরোই অদুনা ফংলিবা মনা অদুগী শক তাক্লিবা মশান্না অদুগী খুদম য়েক্কনি। অসুন্না মনা ফংলিবা অদুগী মথক্তা থা থোকপা য়েক্লিবা অসিবু নেম্নেলগী ওইবা থাক্কী মীথোই মীহেল তান্নবগী মনা ফংলবা মহৈরোইনি হায়বা খঙনবগী খুদম ওইগনি।

খুদম ওইনা থাং চুঙ্গোই পায়দুনা য়েংদম্নবদা মনা ফংলবদি য়েক্লিবা শক্তম অসিনা খঙনগনি।



*নেম্নেলগী থাক্তা থাং চুঙ্গোই পায়দুনা য়েংদম্নবগী মনা*

## এশিয়াগী ওইবা থাক্তা ফংবা মনাগী মশক তাকপা

থাং-তাগী মহৈরোই ওইরিবা অমনা এশিয়াগী ওইবা থাক্তা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংলক্লবা মহৈরোই ওইরবদি, মহৈরোই অদুনা ফংলিবা মনা অদুগী মথক্কী ওই অমদি য়েৎ অনিদা শজিক অমদি থাবাগী শক্তম্বু ওইরিবা থবানিম্নচাক অনি থোক্কনি। শজিক অমদি থবাগী শক্তম্বু থোক্লিবগী ৱাহম্লোক্তী পন্থৌ ইপানা পিবা হি য়াইবু খঙনৈ। শজিক অমদি থবা অসিদি অমত্তনি। মখোয়গী মফম মতমগী মতুং ইন্না অনি ওইবনি। নোংঙাল্লমদাইগী মতমদা থোকপনা শজিক ওই অদুগা নুংথিল নুমিদাংৱাইরমদা থোকপবুনা থাবা ওই। শজিক অমদি থবাগী শক্তম্বু ওইরিবা থৱানিম্নচাক অনি থোক্লিবা অসিবুনা এশিয়াগী থাক্তা লৈবা মহৈরোইশিংগী খঙনা খুদম ওইগনি।

খুদম ওইনা তা খৌশাবদা মনা ফংলকলবদি য়েক্লিবা শক্তম অসিনা খঙনগনি।



*এশিয়াগী ওইবা থাক্তা তা খৌশাবগী মনা*

## ইন্টরনেশ্নেলগী ওইবা থাক্তা ফংবা মনাগী মশক তাকপা

থাং-তাগী মহৈরোই ওইবা অদুনা মালেম অপুনবগী (ইন্টরনেশ্নেল) থাক্তা চাংদম্নবদা অমদি য়েংদম্নবদা মীথোই মীহেনবগী মনা ফংবা ওইরবদি, মহৈরোই অদুনা ফংলিবা মনা অদুগী মশক তাকপগী খুঙনা খুদম অদুগী খরা মথক্তা নুমিৎ অমা থোক্কনি। থাং-তাগী মহৈরোই অদুনা ফংলক্লিবা মনাগী মথক্তা নুমিৎ অমা থোক্লিবা অসিগী শক্তম অসিবু ইন্টরশ্নেলগী ওইবা থাকপু ওইগনি।

খুদম ওইনা লৈতেং থাংদা মনা ফংলকলবদি য়েক্লিবা শক্তম অসিনা খঙনগনি।



*ইন্টরনেশ্নেল থাক্তা লৈতেং থাংগী মনা*

# পচেং খোঙাগী হৌফম তাকপা

ঐখোয়গী ইরমদম মালেম অসিদা অদুঙে য়াম্না ঙল্লিঙৈগী মতমদগী য়াম্না মতিক ময়াই লৈনা, য়াম্না কন-থৌনা পাল্লম্বা নিংথৌরেলশিংগী মতমদগী হৌনা মালেম অসিদা য়াম্না অকল-অথৌগী ওইবা হায়বদি মতিক-মথৌনা লৈবা অমদি মবুধি-মরৌশিং লৈবা, নিংথৌবু কনবা অমদি লৈপাক নিংথৌবু য়োকপা লোইননা শাদা লান্দা হৈ-শিংবা মীশক মীওইশিংদা অখন্নবা নিংথৌগী পচেং ফিরাল থেৎপা খোংঙা পীবা অসি য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী লমদম অসিদা চৎনদুনা লাকই। মনাশিং অদুদি নিংথৌগী মনা ফি পীবা নত্রগা লৌচা পীবা নত্রগা খুদাংয়াই, খুবোময়াই পীবা নত্রগা শাফি-লালফি পীবা নত্রগা পচেং ফিরাল থেৎপা পীবা অসিনচিংবা মখল কয়ামরুমগী অখন্নবা মনাশিং অসি মতম মতমদুগী চান্ন-চান্নবগী মওং য়েংদুনা মতমদুগী লৈপাক পুরিবা মায়চৌশিংগা নিংথৌগা তান্নরগা অসিগুম্লবা মখলগী মনাশিং অসিবু পীবা চৎনরকই।

অসুম্না নিংথৌরেল কয়াগী মতমদগী হৌনা চৎনদুনা লাক্লবা খোংঙা পীবা অসিগী মওং মতৌ কয়াশিং অদুদগী লৌরগা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা লমদমসিগী লৈজরল্লিবা থাং-তাগী ওইবা চৎন-লিক্লম লিচৎকী মনুং অসিদা চান্নবা মওং খরদা অখন্নবা পচেং থেৎপা পীবগী মওং অসি শরুক মরি থোক্লা খাইদোক্লুনা মতমগা চুন্নবা মওংদা য়েংজরগা থমজবনি। অসিগুম্লবা পচেং থেৎপগী খোঙাশিং অদুদি অহানবদা লাইনিংথৌ অসিবা খোঙা, অনিশুবদা নোংথাং খোঙা, অহুমশুবদা মরু খোংনাংথাবা খোঙা, মরিশুবদা হিরাচন্দ্র পচেং খোঙা হায়না খঙনৈ। মহৈরোইশিং অমদি শিনতাক পুরেলশিং অদুনা মতম মতম অদুগী মখোয় মখোয়না তৌরম্বা উৎপীরম্বা, পাংথোক্লমবা থবক থৌরম থৌদা কয়াশিং অদুদগী লৌখৎচরগা অসিগুম্লবা থাং-তাগী ওইবা মহৈরোই অমদি শিনতাকপা লোয়ননা শিনতাক পুরেলশিংদা অখন্নবা খনগৎলবা মীওইশিংদা পীবা মনানি।

অসিগুম্লবা পচেং থেৎপগী খোংঙা অসিদি থাং-তাগী মহৈরোই অমদি শিনতাকপা লোয়ননা শিনতাক পুরেলশিংগী পুন্সিদা পচেং ফিরাল থেৎপগী খোঙা অসি মখল অমদগীনা অনি ফাওবদা ফংবা য়াই। ফংলিবা শিন্তাক পুরেলশিংগী মশা মশাগী য়েক শলাইগী মচুগী মতুং ইন্না কোকয়েৎকী মতাইদা পজেং মচা অমশু হাপকনি।



# লাইনিংথৌ অশিবা পচেং থেৎপা খোংঙা

তেংপানবা মপুনা পাওশিদুনা মচা ইবুঙো মহিরেল শিদবা লাইনিংথৌ সনামহিনা তাইবং মালেম লৈশেম্ববু লোইরদুনা মপল পম্লৌগী মশাইকোন্দা হল্লক্নুনা পাওতাক্লবদা, ঙসি ইচানা তাইবং মালেম অসিবু লৈশেম্বদি নপল পম্লৌ ঐনা পাইমা খিবিকপ্পু পেল্লেদো। ইচানা মতৌ করম্না মালেমসিবু লৈশেম্বনো হায়না পাওহংলক্লবদা অশিবা মহিরেল শিদবা, লাইনিংথৌ সনামহিনা তাইবং মালেম্বু লৈশেম্বদা য়াওরুবা লাইয়াম খিবিক্কা লোইননা মপল পম্লৌগী সনা মাংদা, নচানা তাইবং মালেম্বু লৈশেম্বদি অসুম্না লৈহোৎনা, লৈতাইনা, লৈনেৎনা, লৈখোম্না, লৈচাইনা মালেম অসিবু লৈশেম্মীদো হায়দুনা হরাও মথোই কারদুনা কুম্হে অমগী মশক মওং অমা ওইনা উৎলবদা মপল পম্লৌনা মচাগী তাইবং লৈশেম্বগী খোঙজোং, খোঙলোল অমদি খুৎলোল খিবিকপ্পু পেল্লবদা - ঙসি ইচানা তাইবং মালেম লৈশেম্বগী চোংলিবা খোঙজোং, খোঙলোল, খুৎলোল, খুৎহাই খিবিক অসিবু হয়েং তুংদা তাইবংনা লৈপাক্কী লৈশেমলোল, লৈঙাকলোল, অমাইলোল অমদি লৈপাক্কী থৌরম থৌদা কয়াদা শিজিন্নবা থেঙ্গৌরোল মাপল হায়না খঙনহৌসনু হায়না তাকপীখি। থেঙ্গৌরোল মাপল অসিগা লোইননা থেঙ্গৌরোল মাপল অসিগী থৌরম থৌদা কয়াদা মতেং পাংননবা হায়দুনা থেঙ্গৌরোল অহুম অমগসু পুথোক্নুনা থেঙ্গৌরোল তরানিথোইমকপু পুথোকখি।

অসিগী তুংদা তাইবংগী অনা-অয়েক অসি অচংগী ওইবা থৌরম থৌদা কয়াদসু শিজিন্ননবা হায়দুনা লম-লম, লৈকাই-লৈকাইগী কোনবা লম্মিৎলোলগী পাফল চাম্মগা নিপালমকপু পুথোকখি। হাইরিবা লম্মিৎলোলশিং অসিবু থেঙ্গৌরোল চাম্মগা নিপাল হায়নসু খঙনৈ। অসুম্না থেঙ্গৌরোল চাম্ম নিপালমকপু পুথোক্লবা তুংদা লাইনিংথৌ অশিবনা থেঙ্গৌরোল মাপলদগী অমুক লৌদুনা হয়েং তুংদা তাইবংনা তুংলমচৎতা য়েক্লবা শা-কৈ অমদি য়েক্লবা খিবিক্কী মফমদগী মশা-মশাবু কন্জনবা হায়দুনা খৌশারোল মাপলমকপু পুথোকখি। অসিগুম্লবা মরম খিবিক অসিবু লৈবনা লাইনিংথৌ অশিবনা থেঙ্গৌরোল মাপল অমদি খৌশারোল মখল কয়াবু পুথোক্নুনা থম্মীরম্বা অসিগী মতিক, ময়াই অমদি মওং মতৌ কয়া অদুবু লৌদুনা থেঙ্গৌরোল মাপলমকপু চোংবদা, খৌশারোল মাপলমকপু চোংবদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈবা শিংবা অমদি মহে অসিবু তম্বা থিবদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈবা শিংবা অমদি কৎথোক্লবা মীওইশিংদা ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা পীবা পচেং ফিরাল থেৎপগী খোঙানি। অসিগুম্লবা খোঙা অসিবু অশিবা লাইনিংথৌ সন্নামহি খোঙা হায়না খঙনৈ।

ঙসিগী তাইবং মালেম অসিগী ফম্পাকথক অসিদা করিগু লৈত্রিঙৈ ঈশিংনা থুমদুনা ইমম মমনা লৈরম্বদগী ঈশিংনা কংথরক্নুনা ঈশং ওইনা লৈরক্লবা মতমদা লাইনিংথৌ অশিবনা লমচিং লমতাক ওইবীদুনা মালেম অশিবু শেমগৎলকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরম্বগা লোইননা

অসিগুম্লবা লৈশমলোলগী কয়াৎ কয়াশিং অদুদগী ঙসি তাইবং মীওইবনা পায়নরিবা, শিজিন্নরিবা চোংনরিবা তাগী ওইবা খৌশারোল, থেঙ্গৌরোল, চাইনরোল কয়ামরুম্বু পুথোকপীরম্বা অসিগুম্লবা লাইনিংথৌ অশিবু নীংশিংজবা, খুরুমজবা অমদি ইকাই খুম্নজবা উৎচবা ওইনা লাইনিংথৌগী মমিংদা কৎচবা খোঙানি।

অসিগুম্লবা অশিবা খোংঙা অসিদি তাগী ওইবা মরমদা থেঙ্গৌরোলগী ওইবদা অমদি চাইনরোলগী ওইবা কয়াদা থোইদোক হেন্দোক্লা হৈথোই শিংথোইরবা অমদি হোৎনবা কনবা লোয়ননা অসিগুম্লবা মহৈ অসিগী লমদা লৈপাক্কী ওইবদা থোইদোক হেন্দোক্লা কৎথোক্লবা মহৈরোই অমদি শিনতাক পুরেলশিংদা ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা পীবা অখন্নবা খোঙা ওইগনি।

## লাইনিংথৌ অশিবা (শন্নামহি) পচেং খোঙাগী খঙনা খুদম তাকপা

অসিগুম্লবা লাইনিংথৌ শন্নামহি পচেং খোঙা অসিগী খঙনা খুদম অসিদি পচেং ফিরাল থেৎপনা ওইগনি। পচেং ফিরাল অসিদি লাইনিংথৌ সনামহি সনথোং অপনবা পল্লৌ অসিদি অইংবা অশেংবা ঈশিংগী মশকপু ওইবনি। ঈশিংগী মশকপু ওইবীরিবা ইপা মহাক্তি অমম্বগী মশকপু ওইবা অমুবা মচুবু ওইবীবনি। লোয়ননা তাইবং মালেম অসিদা লেংলি পাল্লিবা থৱাই পানবা অচৎ-চত্তা কয়ামরুম্বু নাওয়োক নাওকোনবীদুনা মপারি মমোম ওইবা কয়াবু শেম্বী শাবীরক্লিবা ইপা ইমা অনিদি, অয়ুক নুংথিলগী অঙালবা মতমগী শরুক্লা পলেম ইমাগী শক্তম্বু ওইবীবনিদো।



অদুগা নুমিদাংগী অমম্বা মতমগী শরুকপুনা পল্লৌ ইপাগী শক্তম্বু ওইবীবনিদো। পলেম ইমা ওইবী অমদি পল্লৌ ইপা ওইবা অনির্গী মতমপাক্তা তাইবং মালেমগী থৱাইপানবা অচৎ-চত্তা লেংলি পাল্লিবা কয়ানা চোং ফন্দুনা ওন্ন-থোইনা শান্নজবা ফংজরিবনি। অমদি পল্লৌ ইপাগী ঈশীংগী মচু অমুবা ওইরিবা অসিগী শক্তম্বুসু লৌজদুনা অমদি ইমা ইপাগী শক্তম্বু লৌজরগা পচেং ফিরালগী মচু অসিদি পচেংনা অমুবা ওইরগা ফিরান্না অমুবগা অঙৌবগা অনিনা তপ্পাই লাংবা ওইগনি অসিবু ইমাগা ইপাগগী শক্তম্বু ওইনা খঙনগনি।

# নোংথাং খোঙা

তেংপানবা মপুনা পাওতাক্কুনা মচা ইবুংঙো লাইনিংথৌ অসিবনা তাইবং মালেম অসিবু লৈশেমলক্লবদা তেং পানবা মপুনা মচাগী থৌওং থৌদা খিবীকপু উবদা পাইমা পুক্লিং পেল্লবদা মচা ইবুংঙো অসিববু থাগৎলকই। মচা ইবুংঙো অতোনবা পাফলবনা ইয়াম্ববুদি থাগৎলি ঐহাকপুদি থাগৎতে হায়না শাওরদুনা মালেম লৈশেম্বা লৈতেম্বা অসিবু হন্না হন্না থুগাইরক্লবদা, ময়াম্বুং য়াইম্বা লাইনিংথৌ অসিবনা মপল পম্বৌদা হঙ্গৎচরম্মী - হে ইপন পম্বৌও নচানা তাইবং লৈশেম্বসে ইনাওতোন অতোনবা পাফনবনা ঙাওমনবনা লৈশেম্বা য়াদরে হায়না য়াব্রা পাওহংজরক্লবদা মপন পম্বৌনা. ইচা ইবুংঙো পারী য়াইমবা ইপন কুবীগে হায়না য়াব্রা পাওতাকপীরক্লবদা, তেংপানবা মপুনা মশাদগী লাইরৈমা ইমা অমা পুথোকখি। লাইরৈমা ইমা অসিগী মমিংদি নোংথাং লৈমা হায়না মিংথোল্লে। তেং পানবা মপুনা ইরেম্মা নবুং য়াইমবনা তাইবং মালেম লৈশেম্বসে, নবুং অতোনবা পাফনবা অঙাওবা অসিনা হন্না হন্না থুগাইরে, নবুং য়াইমবগী লৈশম্বা য়াননবা নবুং অতোনবা অঙাওবসে অমুক খরগা হেন্না ঙাওহল্লুও, হায়না পাওতাক্লবদা মচন ইবেম্মা নোংথাং লৈমনা পাফনবগী মমাংদা চৎলরে। নোংথাং লৈমগী মশক মতৌ চংখোল্লবা নিংথিজববু উবদা পাফনবনা পেম্মা নংবু কনানো হায়না তাল্লবদা মচন ইবেম্মা নোংথাংনা ঐদি পলেম পম্বৌ খঙজদে হায়না চেল্লবদা পাফনবনা হাইয়ো হায়দনা অসুম অসুম তাল্লকই। নোংথাং লৈমনা মবুং য়াইমবগী লৈশেম্বা য়াননবা মবুং অতোনববু অথাম্পা মফমদা পুথোক্কুনা ফজবা শাথেক্কা লোইননা শাখিবা, শান্নখিবা খুৎলোল, খোঙলোল, খোঙজোং কয়াশিং অদুদগী থাঙগী ওইবা ফজরবা থাংলোল, শাথেক, খুৎলোল, খোঙলোল, কয়া অমা পুথোকখিরম্মী। অসিগী মতুংদা মবুং য়াইমবনা তাইবং মালেম লৈশেম্ববু লোইরবদা মচন ইবেম্মা নোংথাংনা ঐহাক্তি নচননে, ইবুং য়াইমবনা তাইবং মালেম লৈশেম্বদা ইবুং অতোনবা নংনা ঙাওমনবনা লৈশেম্বা য়াদ্রবদা ইপন পম্বৌনা লৈশেম্বা য়াননবা খরগা হেন্না ঙাওহল্লু হায়না তাকপীবদগী তৌবনে, হায়না নোংথাংনা মবুং অতোনবদা হায়রক্লবদা পাফনবনা ইকাইমনবদগী মরু লুকথদুনা লৈখিয়ে।

অসুম্না নোংথাং লৈমা ইমানা পাফনববু অথাম্পা মফমদা পুথোক্কুনা লৈশেম্বা য়াননবা শান্নখিবা, চেনখিবা, চোংখিবা খোঙচোং, খোঙলোল, খুৎলোল কয়া অদুদগী লৌদুনা থাঙগী ওইবা ফজবা মখলগী থাংলোল কয়া অমা পুথোকপীরমখিবা অসিবু লৌরগা নোংথাং লৈমা ইমাগী মতিক ময়াই মঙাল অমদি মগুণবু শৈথাজবা অমদি নিংশিংজবা ওইনা থাঙ লৈতেংগী ফজবা থাঙ য়ান্নবগী (চাইনবগী) অহেনবা, চৈবী য়েংদমনবগী অহেনবা অমদি থাংলোল. খোঙলোল, খুৎলোল, চৈহাই চৈফু, চৈঙাক কয়ামরুমগী য়েন্দমনবা, চাংদম্নবা অমদি থাংলোলগী ওইবা পরম কয়াদা খোইদোক হেন্দোক্পা ময়ামদগী মীথোই মীহেল্লবা অমদি কৎথোক্লবা

মীওইদা ইকাই খুন্নবা উৎপা ওইনা পীবা অখন্নবা খোঙা অমনি। মসিবু নোংথাং খোঙা কৌই। মসিগী অখন্নবা পীবা খোঙা অসিদি পজেং ফিরাল থেৎপনা ওইগনি।

## নোংথাং খোঙাগী খঙনা খুদম তাকপা

নোংথাং ইমাদি শা-লালগী ওইবা মহে থাংগী মবেম্মনি। ইমা অসিদি মল্লবা তাইবংগী মরক্তা থাংগী খোঙলোল, খুৎলোল, শাথেক, খুৎহাই কয়াগী অঙালবা মশেক মঙালবু পীবিরিবা ইমানি। ইমা অসিদি শা-লালগী মতমদনা শা-লালগী মচু অঙাংবা ওইবীনি। অদুগা অমরোমদনা অমুক ইমাদি অয়ুক নুংথিলগী মতমদনা অঙানবা মতমগী শক্লোলবুসু পুবীরিবা ইমানি। ঙসিগী মালেম অসিদা তাইবং মীওইববু অঙানবা মশকপু উহনবীরিবা ইমাগী অঙৌবা মচুবু লৌরগা নোংথাং খোঙাগী খঙনা খুদমগী পজেংগী মচু অসিদি অঙৌবা মচুনা ওইগনি।



## মরু খোংনাং থাবা খোঙা

ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম অসিদা ইং কুমজা ১৭২৫ গী মতম অদুৱাইদগী মীরমগী চৎনা লিক্লমনা অচৌবা অহোংবা শাফু অমা লাক্লমদাইগী মতম অমা ওইরকখি। মতম অদুদা মরু লৌরেম্মম খোংনাংথাবনা ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম অসিগী অরিবা পারি পুরিগী লৈজরম্লিবা চৎনা লিক্লম কয়াবু মাংখিদনবা মুৎখিদনবা অমদি কাইখিদনবা হায়দুনা অরিবা লাইরিক লাইশু কয়াবু ৱারী ৱাখোং, অরিবা পোৎলম কয়াবু চেকশিন্না মফম মফম চানা লোৎশিন্দুনা থম্মীরম্মা অসিগী মশকপু লৌরগা ইকাই খুন্নবা উৎপা ওইনা পীবা খোঙা অসিবু মরু খোংনাংথাবা খোঙা হায়না খঙনৈ। মরু খোংনাংথাবা খোঙা অসি হৌজিক ঐখোয়গী থাং-তাগী হৌরক ৱারী অরিবা অমদি লৈশেমলোল, লৈঙাকলোল, অমদি থেঙ্গৌরোলনচিংবা কয়াবু মাংখিদনবা মুৎখিদনবা হায়দুনা মফম মফম কয়াদা কোইনা চৎতুনা য়াম্না কন্না চেকশিন্না থাং-তাগী হৌরক ৱারী লৈঙাকলোল অমদি লৈশেমলোলগী ৱারী ৱাখোংবু থিজিনবা খোমজিনবা অমদি শন্দোকপা মীশক মীওইদা ইকাই খুন্নবা উৎপা ওইনা পীবা খোঙানি। মসিবু মরু খোংনাংথাবগী পজেং

ফিরাল থেৎপা খোঙা হায়না খঙনৈ। মরু খোংনাংথাবা খোঙা অসিদি মীশক অদুনা তৌরিবা হোৎনরিবা থিজিল্লিবা পরমলোন কয়া অদুগী অয়ৌবী থাক অদুদা ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোক্লা খঙলবা, থিজিনবা কনবা, হোৎনবা কনবা মতিক মরৌশিং লৈরবা মীশক অদুবু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইন পীবা খোঙা ওইগনি।

## মরু খোংনাংথাবা খোঙাগী খঙনা খুদম তাকপা

মরু খোংনাংথাবা খোঙা অসিগী খঙনা খুদম অসিদি পজেং ফিরাল থেৎপনা খঙনগনি। মরু খোংনাংথাবা খোঙাগী থেৎকদৌরিবা পজেং ফিরালগী খঙনা খুদম অসিগী মচু অসিদি অমুবা মচুনা ওইগনি। অমুবা ওইরিবগী ব্রাহ্মোক্তি ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম লমদম অসিদা য়াম্না অঙনবা মতমদগী হৌনা লৈজরম্লিবা ইনাৎকী ওইবা চৎনা লিক্লমনা হাইনা-হুম্না মতিক মঙাল লৈনা লৈজরম্বা অমদি কন্নাগীসু মীখা পোন্দনা হিংজরমই অমশুং পাঞ্জরম্মী। অদুবু হৌখিবা মতম থেংখাং খরদা অতোপ্পা মপান লমগী লিক্লম কয়া অমা চঙশিল্লক্তুনা ইরমদমগী মমাংঙৈদগী লৈজরম্লিবা চৎনা লিক্লম কয়ানা তপ্না তপ্না নুমিৎ তাখিবগী মতম অমা ওইরকখি। অদুগুম্লবা মমাংঙৈগী চৎনা লিক্লম পরিং পথাপ কয়া অসিবু মীরমগী চৎনবীনা মহুৎ শিল্লক্তুনা হান্না লৈজরম্লিবা শক্তম্বু তপনা তপনা মাংখিবগী শক্তম, মশক, মওংবু লৌরগা পজেং, ফিরাল অসিগী খঙনা খুদমগী মচু অসি অমুবা মচুনা ওইগনি।



# হিরাচন্দ্র খোঙা

ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম লমদম অসিদা ইং কুমজা ১৮১৯ গী পোইনুগী ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপ নুমিত্তা আৱা লৈপাক্লা লাল ঙমদুনা চহি তরেৎ খুনতাক্তুনা লৈরবা মতমদা ঐখোয়গী লৈপাক্কী অঙম অথৌ অমদি নিংথৌনা চিংবা কয়ানা ঐখোয়গী ইরমদম লমদম অসিবু থাদোক্তুনা কছার লৈপাক্তা লাল চেন্নখি। মতম অদুদা ঐখোয়গী ইরমদম লমদম অসিবু কন্নবা হোৎনবদা লুচিংবীননবা অঙম অথৌ অমদি নিংথৌ মচা কনাসু লৈরক্তুবা মতম অদুদা মরৈপাক নিংবা অথৌবা নিংথেমচা হিরাচন্দ্রনা শিরবসু ইরৈপাক ইরমদম লমদম অসিগীদমক শিগনি খন্দুনা থৌনা ফনা চোংথোরকখি। লাল চেনবা য়াওহৌদবা মরৈপাক নিংবা অথৌবা মীওই কয়াবু খোমগৎতুনা আৱাগী মথক্তা মচি মচিদা লাল হৌদুনা, ঐখোয়গী মীখা পোন্দুনা লৈরবা ইরৈপাক ইরমদম অসিবু কন্নবা য়াম্না কন্না থৱাই হকচাং পাম্মুবা লৈতনা হোৎনখি। অসিগুম্লবা অথৌবা অসিবু নিংশিংবা অমদি ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা মরৈপাক নিংবা অথৌবা নিংথেমচা হিরাচন্দ্রগী মমিংদা পীজবা খোঙানি।

খোঙা অসিবু ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম অসিদা মৈহৌরোলদগী, লৈশেম তুশেমঙৈদগী হৌনা মতিক মঙাল, ময়াই লৈনা লৈজরক্লিবা থাং-তাগী মহৈ অসিতনা ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরম-লমদমনা কনাগীসু মীখা পোন্দনা লৈরকখি। লোইননা ঐখোয়গী লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিং অদুনা থম্বীরম্বা থাং-তাগী ওইবা মহৈ অসিতনা ঐখোয়গী লমগী ঙমখৈবু কায়হন্দনা ঙাক্তুনা থম্বিরম্মী। অদুবু ঙসিদি অসুক্কী মতিক মঙাল লৈনা লৈজরম্বা থাং-তাগী মহৈ অসি য়েংশিনবীনবা লৈত্রবা, থওইবীদনা নাথৈদুনা থম্বীরম্লবা, মপু পান্দ্রবগুম্না লৈরক্লে। অসিগুম্লবা থাং-তাগী মহৈ অসিবু নৌহৌননা অমুক মাংখিদনবা অমদি মুৎখিদনবা হায়দুনা পুন্সিগী অৱা-অনা, লৈত-লাইরা কয়াবু খাংদুনা, নাথৈদুনা থম্লম্লবা, ঐখোয়গী ইরৈপাক ইরমদম লমদম অসিগীদমক্তনি খন্না কৎথোক্তুনা লাক্লবা, নুংশিজরবা থাং-তাগী শিনতাকপশিংনা মহৈ অসিবু য়াম্না কন্না হোৎনবীবা অমদি লৈপাক্কী মচি-মচি খুদিংদা কোইনা চত্তুনা থাং-তাগী মহৈ অসিবু মুৎখিদনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরকপা শিনতাকপশিংদুবু ইকাই খুম্নবা উত্তুনা অসিগুম্লবা হিরাচন্দ্র খোঙা অসি পীজবনি।

# হিরাচন্দ্র খোঙাগী খঙনা খুদম তাকপা

অসিগুম্লবা হিরাচন্দ্রা খোঙা অসিগী পজেং ফিরাল থেৎপগী খঙনা খুদম অসিদি হিরাচন্দ্রনা লুচিংদুনা মতম অদুদা থেংনখিবা শা-লালগী ওইবা মতৌ অমদি মতম অদুগী ইপা ইপুশিংনা থৰাই হকচাং পাম্মুবা লৈতনা থেংনখিবা. শোৱখিবা লাল অদুগী শক্তম- মতৈবু লৌজবনি। অসিগুম্লবা হিরাচন্দ্রা পজেং ফিরাল অসিগী খঙনা খুদমগী মচু অসি শা-লালগী খুদম ওইবা অমদি মশাগী লৈপাকপু কন্নবা হোৎনবীখিবা মতম অদুগী ইপা-ইপুশিং অদুগী মশাদগী শিম্থখিবা ঈগী মশক ওইবা অঙাংবা মচুনা ওইগনি।





# খোঙা অমা অমশুং পজেং থেৎপগী খুদম



খুমন য়েক শলাইনা মরু খোংনাংথাবা মানাগী পজেং ফংবা



খুমন য়েক শলাইনা মরু খোংনাংথাবা মানা অমদি অশিবা (লাইনিংথৌ শন্নামহি)গী পজেং ফংবা।

## য়ুম্ফম ২৫ গী নুংগী ওইবা শক্তম



# খ্বাংলাক লাকপগী মওং





*মহৈরোইশিংগী ওইবা খ্বাংলাক লাকপগী মওংদি*
*নুপানা ওইদা পুনগনি, নুপীনা মাংদা পুনগনি*



*শিন্তাকপুরেলশিংগী ওইবা খ্বাংলাক লাকপগী মওংদি*
*নুপানা য়েৎতা পুনগনি, নুপীনা ওইদা পুনগনি*

42710

## MEETEI NAHAROL THANG-TA KANGLUP

*The Meetei Naharol Thang-Ta Kanglup is a Manipuri traditional martial art institute, active in culturing the ethics and ideals of Thang-Ta. Founded with a belief that physical as well as moral growth of the society can be enhanced by rediscovering this ancestral art, the institute is propagating Thang-Ta, especially amongst the youth with a conviction that training in Thang-Ta would keep them health and strong, both physically and mentally.*

*Established under supervision of Shri Ojha Moirangthem Mani in 1978, Meitei Naharol Thang-Ta Kanglup, despite financial difficulties, has growth by leaps and bounds and has produced outstanding students who have won accolades at championships. Under its initiative, the All Manipur Cheibi Association was successfully established. Besides being one of the most popular martial art performing group, the institute is at the forefront of Thang-Ta revival movement.*